# থাগৎ ৱাহৈ খরদং

শ্রীমান য়ুম্নাম ধনঞ্জয় সিংহনা খোমজিল্লদুনা ইথোকচবা "শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তনাবলি" কৌবা মনোহরশাইগী খরন্দা শরুদবা ঈশৈশিং অসি মতুং তানা হিংদুনা লৈহৌনবগীদমক্তা ছাপা ওইনা নমদুনা থমহৌনবা য়ামনা থৱাই য়াওনা হোৎনজরিবা অসি উবদা থোইনা নুংঙাইজৈ ।

ঈশৈ খরনা এঙোন্দগী তমখিবনি অতৈনা ওঝাশিং অতৈদগী তমজরুবনি ঈশৈদা নত্তনা মহাক লাইরিক হায়বগী খবকসু য়ামনা তোয়না চচ্চবা ১সুং ধর্ম্মগ্রন্থ, ভক্তিতত্ত্বসু নৈনবদা য়াম্না পামজবা অমনি ।

ছাপা নম্বা অসিগী মওং একাডেমী মনিপুরনসু মতেং পীবিগনি [illegible]য়নসু তাজৈ । একাডমীবু এনা হন্না হন্না থাগচৈ ।

বাংলা সংস্কৃত খঙবদি মশিং য়ামদ্রবনিনা মৈতৈরোলদা হন্দোক্লুনা থম্বগী দরকার ওইবা মরমনা লাইরিক লৈহোবনা থোইদোকনা কান্নগনি হায়না খঞ্জে ।

রজকুমার সনামচা সিংহ

# থাগৎ খ্রাহৈ

## প্রসংসা পত্র

শ্রীহবিসঙ্কীর্ত্তনাবলী হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন কোবা লাইরিক গ্রন্থ অসি ঙসি পাঠ তৌজবদা থোইদোক্লা আনন্দ লাভ ফংজৈ। গ্রন্থশি গৌড়ীয় বৈষ্ণব সমাজগী কানবা কল্যান মশক ওইগনি থাজজৈ। শ্রীগৌরঙ্গে প্রেম সমুদ্রনা, তবঙ্গা ভাব শ্রীকৃষ্ণ প্রেম তত্ত্ব মধুর প্রেম য়াওবি ভক্ত মিলন্নচিংবা ॥

### প্রকাশক

শ্রীযুম্নাম ধনঞ্জয় সিংহ কীর্ত্তন গাযক মণ্ডল য়াম্না চংনা ভক্তি দর্শন শাস্ত্র নৈনববনী মনোহবসাই সংকীর্ত্তন ওঝাশিংদা তমলবা লাইবিক হাইবা থিবদা কৃপা লৈজববনী সমাজ সেবাদা মাই-ওনশল্লীবা অসিমক লাইবক ফবনী ধন্যবাদ তৌরি মতুংশিদগু মৈতৈলোন্দা ওজাশিংনা থম্বিবম্বা লাইবিকতগী শনদোক্কুনা দেশ সেবা ঙমজবা ওইসনু।

### আশীর্ব্বাদক

শ্রীলাইমযুম লালবাপু শর্ম্মা লীলা কীর্ত্তন সুধাকব (জাপানতোন্নু)

# থাগৎ ন্নাহৈ খরদং

শ্রীযুম্নাম ধনঞ্জয় সিংহ সাং (চিংঙামপা মাইস্নাম লৈকাই দা (হৈবা) ওজা অসিনা ইবা শ্রীহরি সংকীর্ত্তন শৈরেং পরেং (শ্রীহরি সংকীর্ত্তনাবলি) মেনসক্রিপট পাজরে। ভক্তিগী লম্বীদা মৈতৈলোন্দা ইবা অমসুং শকপা শোনবা মবাং কাইনা লৈত্রিবনা এরাংখায়গী মনিপুরী হিন্দুসম্প্রদায়দা ধর্ম্মগী লম্বীদা মপুংফানা জ্ঞান তাবা খরা খরা রাংপগুন উই। সংস্কৃত নত্রগা বাংলাদা শকপা শোনবদি তম্বা পুক্রিংদা ভক্তি লৈজরবসু মপুং ফানা খঙবা ঙমজদে। মসিংগুম্বা অমম্বা অসিবু শ্রীযুম্নাম ধনঞ্জয় সিংহ ওজা মসিগী মমল যাম্লবা শ্রীহরি সংকীর্ত্তন শৈরেং পরেংনা শকক ত্লদি কোরহনবা ঙমগনি হায়না আশা তৌজৈ।

শ্রীরাজকুমার বিজয়সনা সিংহ
যুম্নাম লৈকাই

# থাগৎ ৱাহৈ খরদং

শ্রীহরি সংকীর্ত্তনাবলি শ্রীহরি সংকীর্ত্তন শৈবেং পবেং। হাঙ্গৈবিবা ঈশৈ লাইরিক অসি ইমালোন্দা নৌনা ইথোরকপা অসিনা নৌনা হৌগংলকলিবা নহাবোলশিংগী (ছাত্রশিংগী) মদোং চাবা ফঙ্গনি। মরমদি সংস্কৃৎ বাঙ্গালি মহৌসাদোনা তম্বা হৈবা ৱাংপনা। লেখক অসিনা পুথোকলকলিবা ইশৈ লাইবিক অসি মথং মথং পাঠ পুস্তক ওইনা মবি লৈনবা সংস্থান অমসুং স্কুল কোলেজনশিংবদা তম্বদা থোইনা পামনগনি খঞ্জে। মনিপুবগী মপান্দা লৈবা মীতৈ মচাসিংনসু য়াম্না পামনগনি নিংজৈ লেখক্না ওইজবা কয়া থাদোক্লুনা অকনবা পুক্নিংগী থৌইনশিন অমগা লোইননা হোৎনবকপা অসি ঐনা হন্না হন্না থাগচ্চবি। অমদি অসিগুম্বা পবেং অসি মথং মথং চৎথবা ঙম্বা পীনবিয়ু হায়না ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরি।

ভবদীয়
শ্রীক্ষে. ত্রৈময়ুম ইবোতোম্বী সিংহ

# কচ্চবা

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী চরন্দা ॥
প্রভুগীচরন চেৎনা থমোইনুংদা কোঞ্জরগা ।

## শিক্ষাগুরু

১ । ৺শ্রীযুক্ত লাইশ্রম গোপাল সিংহ ।
২ । ৺শ্রীযুক্ত ঙাঙোম যোগেন্দ্রসিং ॥
৩ । শ্রীরাজকুমার সনামচা সিংহ ।
৪ । শ্রীলাইময়ুম লালবাবু শর্ম্মা ॥
৫ । শ্রীগুরুময়ুম বাবুসনা শর্ম্মা ।

শ্রীযুক্ত গুরুদেবশিংনা তম্বিবা ইশৈ খবদং,
ইমালোল মৈতেলোন্দা ইথোকচবগা কচ্চবি ॥

শ্রীযুম্নাম ধনঞ্জয় সিংহ ।

# ওঝা খুরুমজবা।

খুরুমজৈ লম্মুকনরবা মীবু লম্বী তাকপিবগুম, মিংতাংববু মিং পাংহলবিবগুম, পাকলবা লাইজ ইপাক্তা লম্মাংনববা হিবোইবু ধ্রুবতারানা; হিনাও শাবগুম, মতমগী অমম্বদা মঙাল পিবিবীবা। মচাগী মতৌগুম নিংবীরিবা ওঝাবু কাউবা নাহন্দনা খুরুমজৈ। মীগী তাথীবা ৱাবু তাবদা ৱাবনা থমোইপুবা ঙমদ্রবা। মচাগী ফনবতা থলবিবা, থাগৎপা তারগা হবাওবিবা।। মচা শেবক ঐখোইদা পুক্লিং লুপখিবনা মাইচেপ্পদা চেপপিবিবা ওঝানি।। ওঝাগী চবনবু কোকথক্তা হাপচৈ ওঝাবু ইপামক্লি হাইনা খুরুমজৈ।

ওঝাগী মনাই
শ্রীযুম্নাম ধনঞ্জয় সিংহ
চিংঙামথা মাইস্নাম লৈকাই
ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক ।

পিশক পিকলিঙৈদগীদি য়াম্না পামজবা নামশোঞ্জবা । লাই-বিক তৌবা, ইশৈ শকপা, সঙ্কীৰ্ত্তনবু য়াম্না থাজজবা লাইবক থীবা মপোক ওইহুনা মপুং ফাবদি ইঙম ঙমজদবা মপোকনি । শ্ৰীহৰি সংকীৰ্ত্তনগী মওং তালগী মশক, ছণ্ডগী স্বর, শ্ৰীশ্ৰীৰাধা গোবিন্দগী দৰ্শন; শ্ৰীগৌৰচন্দ্ৰ প্ৰভুগী ভাব ভঙ্গি; সেবাগী মওং, উজবা তাজবা নিংথিবা শক্তম পুম্নমক অসিবু মনিপুর সনা লৈবাক্তা পোকচহুনা উজব অসিমক ওস্থোক্লা লাইবক ফরে হাঙ্গনা খঞ্জবকই ।

হান্নদি ওঝা গুরু অহললমন বৈষ্ণব বৈষ্ণবী পুম্নমক শকপা হৈবা, তাব হৈবা; সংস্কৃত ভাষা, বাঙ্গালিভাষা; দেবভাষা কবিগী পদাবলি যাম্না লৈবমই । অদুবু হৌজিক্তি ইমা লোম্না অথোইবনি হাঙ্গনা লৌনবক্লে হান্নগীস্ থংবা ৱাংলক্লে খঞ্জহুনা শ্ৰীগুৰুশিংদগী তমজহুনা মযামগী মতেংদগী পুথোকচবনি ।।

মনিপুৰ স্টেট কলা একাদমিনা মতেং লুপা ৫০০/- পিবিহুনা অমদি পাকা সঙ্গীত বিদ্যালয় ছাত্ৰগী মতেংনা পুথোকচবনি ।

শ্ৰীৰাজকুমাৰ সনাতোম্বা সিংহনা হাম্না লুপা ৫০০/- (চামঙা) পুথোকপি ।

## কোলেজ ছাত্র

১। শ্রীঅনৌবম ব্রজবিধু শর্ম্ম

২। শ্রীরাজকুমার সনাতোম্বা সিংহ

৩। শ্রীথিঙোম ইবোতোম্বী সিংহ

মথক্তা হাইরিবা ছাত্র বিদ্যার্থীশিংনা হোৎনবিবনি। মসিগীদমক্তা অরাৎঅপা শেলগী অয়াম্বদি শ্রীব্রজবিধু শর্ম্মনা পুথোকচবনি মরমঅসিনা মপোকসিমগী ময়ামগী লমন তোল্লবনি কীর্ত্তন্দা। থরাই য়াওবা নামশোলবদা শাগজবা মখোইগীদমক, শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভুগী চরন্দা নাম শোঙবা ওসা কার্ত্তনিয়া গায়ক অমা ওইবা পীনবিয়ু হাইনা হন্না হন্না প্রর্থনা তৌজবি।

শ্রীক্ষেত্রিমযুম ইবেতোম্বী সিংহ সঙ্গীত যাডঙ্গঃ— মনিপুব ম্যাজিক কোলেজ; ভাইস প্রিনসিপাল ওঝানা ইশৈগী বাগ নির্ণয়ঃ- বাগনৈনবিহুনা বাগ শানবিবা থরাই য়াওবিবাশিংদাঃ— শিংডমদ্রবা লমন তোনশিঞ্জরবনি।

শ্রীরাজকুমার বিজয়সনা সিংহ য়ুম্নাম লৈকাই। ওঝানা লাইবিক ইবগী মঙং ফোংবগী মতৌ থব ভাকপিরকপদা থোইনা লুংঙাইজে হন্না হন্না থাগচ্চরি।

শ্রী য়ুম্নাম ধনঞ্জয় সিংহ।

পাকা সঙ্গীত বিদ্যাপীঠ

প্রধান অধ্যাপক।

# য়াওফম তাকপা

# অফোংগী ৱারোল

[illegible]

ঐহাক্কী আদি গুরু শ্রীযুম্নাম ধনঞ্জয় সিংহ প্রধান অধ্যাপক পাকা সঙ্গীত বীদ্যালয়না লাইরিক কয়াদগী খোমজিল্লগা, ইবা শ্রীহরি সংকীর্ত্তন শৈবেং পবেং ১বা শরুক অসি শ্রীগুরুদগী ফোংদোক্লবা যাথংবু ফিগাও শানা ওকচচরগা ফোংজবনি।

লাইরিক অসি ফোংদোক্লবা হোৎনবদা প্রুফ পারগী অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা ঐগী ইয়াম্বা শ্রীথিঙ্গোম ইরোম্বোম্বা সিংহ অমদি কৌন্নু প্রিন্টিং প্রেসকী শ্রীতেলেম কেশো সিংহ অনিনা থৱাই যাওনা হোৎনবিবগীদমক ভদ্রলোক অনিগী মফমদা পুন্সিসিমগী শিংবা ওয়্যবোইদবা লমন তোক্সিজ্জবে।

লাইবিক অসি হান্ন থুনা নম্মবা হোৎনজখবে, মরম অতুনা অবান অহুই পুন্নমক মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচগনি।

ফোংজবা

শ্রীআনৌবম ব্রজবিধু শর্ম্মা

উরিপোক পোলেম লৈকাই

ইম্ফাল।

তাং ১।৯।৮৮ ইং

# অরানবা চুম্মথোকপা

| লামাই | শ্লোক পদ | পবেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|---|
| ১ | ২ | ১৩ | সঙ্গীতমিতবিবর্ম | সঙ্গীতমিতী বিতম । |
| ১ | ৩ | ১৫ | বিবেদেন | বিভেদেন |
| ১ | ৩ | ১৬ | সার্গেমার্গশ্রিতং | স্বর্গেমার্গশ্রিতং |
| ১ | ৪ | ১৮ | যস্মাত্তস্মাদোষে | যস্মাত্তস্মান্নাদোয় |
| ৩ | ৫ | ১ | গন্ধার | গান্ধাব |
| ৩ | ৬ | ৭ | গন্ধাবঃ | গান্ধাবো |
| ৩ | ৬ | ৭ | পঞ্চর | পঞ্চম |
| ৩ | ৬ | ১২ | মুদ্ধি | মুদ্ধিন |
| ৩ | ৮ | ১৮ | ষ্টত্রিংসাচ্চারু | ষ্টত্রিংশচ্চাক |
| ৩ | ৮ | ১৯ | প্রেমরসার্ন্নব | প্রেমরসার্নব ঃ |
| ৩ | ৮ | ২০ | বিষ্ণুরাদ্র- বিতাভেঃবং | বিষ্ণুবাদ্র- বিতোভবেৎ |
| ৪ | ১২ | ১২ | বসন্ত | বসন্তো |
| ৪ | ১০ | ৪ | মৃত্তিকা- নিভার্ম্মশ্চৈব | মৃত্তিকা- নির্ম্মতাশ্চৈব |
| ৪ | ১০ | ৫ | প্রোকক্ত ঃ | প্রোক্ত ঃ |
| ৪ | ১১ | ৯ | তিষ্টন্তি | তিষ্ঠন্তি |

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৪ ১১ | ১৪ | হাখ্রিবা | হাঙখ্রিবা |
| ৫ | ১ | নৃত্তা | নৃত্য |
| ৫ | ১ | নৃত | নৃত্ত |
| ৬ | ৮ | অমানেন | অমনিনা |
| ১৩ | ৮ | হাবদাসনা | হবিদাসনা |
| ১৫ | ১ | হরিদাসনা | হবিদাসগী |
| ১৬ | ১৫ | গদাভিত | গদভৃতা |
| ১৭ | ৪ | মখোযগী | নখোয়গী |
| ১৭ | ১৪ | নিললবে | নিলখবে |
| ১৮ | ১৭ | গৌবাঙ্গা | গৌবাঙ্গ |
| ২৭ | ১৮ | লংখোকপিবে | লংথোকপিবে |
| ২৬ | ৩ | কনানা | কনানো |
| ৩০ | ১ | তাল অচৌবা | তিনতাল অচৌবা |
| ৩৪ | ২ | ওইতুবা | ওইতুনা |
| ৩৪ | ৬ | পন্দোং | পান্দোং |
| ৩৫ | ১১ | নাঙ্খোকপিরবনি | লাঙ্খোকপীববনি |
| ৩৭ | ৯ | রূপ মাধুর্য্য | রসমাধুর্য্য |
| ৩৭ | ৯ | লৈতমা | লৈতনা |
| ৪০ | ৯ | স্বরধনি | সুরধনী |
| ৪১ | ৮ | গায়াদগী | গয়াদগী |

| লামাই | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৪২ | ১৩ | টোলদগী | টুন্দগী |
| ৪৩ | ৭ | নামমগী | নামগী |
| ৪৫ | ১০ | থব্রাইগী | থম্মোইগী |
| ৪৬ | ১৩ | মমিনি | মনিনি |
| ৪৭ | ৩ | ভিক্ষা | ভিক্ষা |
| ৫৩ | ৫ | নমা | নমা ঐবু |
| ৫৩ | ৭ | নোমোন | মোমোন |
| ৬১ | ১ | কলঙ্কা | কলঙ্ক |
| ৬৯ | ৮ | মবংঙোবু | মবুংঙোবু |
| ৭০ | ১০ | অমস্থ | অস্থম |
| ৭৫ | ৬ | মখুম | মখুন |
| ৭৭ | ৪ | লাল্লবা | লাল্লুবা |
| ৭৯ | ১ | হোংনখিগে | হোচ্চখিগে |
| ৮০ | ৭ | খংজদ্রবিনা | খংজদ্রবিনী |
| ৮১ | ২ | যমুনগী | যমুনাগী |
| ৮২ | ১৬ | ফুচ | চকু |
| ৮২ | ১৬ | লপশিল্লে | লুপশিল্লে । |
| ৮৫ | ৭ | বুগোল | যুগোল |
| ৯০ | ৮ | মুংশিংনো | মুংশিংনা |
| ১১২ | ১৭ | হাংনঙৈদা | খংনৈ |

| লামাই | পবেং | অরানিবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১১৩ | ৭ | পশুরাম | প্রশুরাম |
| ১১৬ | ৪ | উরকমে | উরকলে |
| ১১৭ | ৯ | লৈঙনদ্রবী | লৈঙমদ্রবী |
| ১১৮ | ৮ | শিন্নবনগমি | শিন্নবমগনি |
| ১১৮ | ১২ | শ্যামকুঞ্জগী | শ্যামকুণ্ডগী |
| ১১৯ | ১৪ | পুঙনন্দবেনে | পুংমদবোন্য |
| ১১৯ | ১২ | অন্তুক | অমুক |
| ১২৫ | ১৩ | দলথঙ্গা | দোলথক্তা |
| ১২৫ | ১৫ | প্রেম নামগী | নাম প্রেমগী |
| ১৩১ | ২ | পুন্সি | পুন্সিগী |
| ১৩৮ | | ভঞ্জন | ভজন |
| ১৩৭ | ১৭ | হুকী | হুক্কা |
| ১৩৯ | ১২ | অনাদিয়াদি | অনাদিবাদি |

:(O):-

# শ্রী হরি সঙ্কীর্ত্তন শৈরেং পরেং
# শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তনাবলী

ওঁ

গনেশায় নমঃ।

১। একদন্তং মহাকায়ং লম্বোদরং গজাননং।
বিঘ্ননাশং করংদেবং হেরম্বং প্রনমাম্যহং॥

শ্রীগৌরাবতার।

২। অনর্পিতচরীং চিরাৎ করুনয়াবর্তীনঃ কলৌ;
সমর্পয়িতুমুন্নতোজ্জলরসাং স্বভক্তি শ্রিয়ম।
হরিঃ পুরট সুন্দরত্যুতি কদম্বসন্দী পিত;
সদা হৃদয় কন্দরেস্ফুরতু বঃ শচীনন্দন॥

৩। বাঞ্ছা কল্পতরুরভাশ্চ কৃপাসিন্ধুভ্যরেবশ্চ,
পতিতানং পাবনেভ্য বৈষ্ণবেভ্য নম নমঃ॥

শমলপা অর্থ

১। থবক অমতং তৌবদা য়ৈখায় থিঙ্গাই পুন্নমক ঙাকপিয়ু হায়দনা শ্রীগনেশদেববু থুরুমজৈ।

২। মতম কুইনদগী শিন্নদ্রিবা তাংলবা হরিনামামৃতবু; থৌজান্ন মরমওইহনা কলি কৌবা যুগতা অবতার ( সায়ল ) তৌবিহনা লুরবা রস পুন্নমক পিবিহনা ভক্ত ওইহন্নগা তাংলবা মপোক ওইহলবিবা তাইবং লান্নবা লমজিং মৈরা পাইরিবা শ্রীশচীগী মচা ইবুংঙো গুরুগৌরাঙ্গবু খুরুমজে। ঐখোয়গী কল্লবা হৃদিগী লোক্তা শচী মচা ইবুংঙোনা ফাওবিরকশনু ॥

৩। শ্রীগুরু গৌরাঙ্গগী চরনবু অথোইবা ললনি থনবিবা; ঙাকপী হৈবা গুন্না তিল্লবা বৈষ্ণবসিংবু হন্না হন্না খুরুমজে ॥

## তথাহি ঃ সঙ্গীত পারিজাতে।

১। ব্রহ্মেশ নন্দিভরত দুর্গা নারদ কোহলা ঃ।
দশাস্য বায়ু রম্ভাদ্যা ঃ সঙ্গীতস্য প্রচারকা ঃ।

২। গীত বাদিত্র নৃত্যানাং; ত্রয়ং সঙ্গীতমুচ্যতে।
গীতস্যাত্র প্রধানত্বাতৎ সঙ্গীতমিতবিতম ॥

তথাহি সঙ্গীত সারে ঃ—

৩। মার্গ দেশী বিবেদেন সঙ্গীতং ভবতিদ্বিধা।
সর্গে মার্গশ্রিতং দেশ্যাশ্রিতং ভূতলরঞ্জিতম ॥

৪। ন কারঃ প্রান বায়ুঃ স্যাদ্দকারোহ ব্যবাহন।
তাভ্যামুং পাদ্যতে যস্মাত্তস্মাদোয়ে মুচ্যতে।
তাভ্যাং প্রানগ্নিভ্যাং জাতো নাদ ইত্যর্থ ॥

## সপ্ত স্বর সজ্ঞাঃ—

৫। ষড়জ ঋষভ গন্ধার মধ্যম পঞ্চম ধৈবতনিযাদ আর ॥
স রি গ ম প ধ নি অপর সজ্ঞাহয় ॥
সপ্তস্বরে মন্দ্র মধ্য তার ভাবত্রয় ।
ক্রমে এতিনের হৃৎ কণ্ঠ মস্তকস্থান ॥
মন্দ্রহৈতে দ্বিগুন দ্বিগুন উচ্চগান ।

## তথাহি কোহালিয়ে ঃ—

৬। ষড়জর্ষ ভৌচ গন্ধারঃ মধ্যমঃ পঞ্চর স্তথাঃ ।
ধৈবতশ্চ নিষাদশ্চ স্বরাঃ সপ্তাত্র কীর্ত্তিতাঃ ॥
স রি গ মপধ নিশ্চেত্যে তেষামপরাভিধ্য ।
তেত্রিধাস্যুর্মন্দ্র মধ্যতারভাবাং সমাশ্রিতাঃ ॥
ত্রীনী স্থানানি তেষাংহি হৃদি মন্দ্রোহ ভিজায়তে ।
কণ্ঠে মধ্যো মুর্দ্ধি তারো দ্বিগুনশ্চোত্ত রোত্তর ॥
৭। ময়ুরঃ ষড়জ মাখ্যাতি ঋষভংব্যক্তি চাতকঃ ।
ছাগো গান্ধারমাচষ্টে ক্রৌঞ্চোবদতি মধ্যমম ॥
কোকিলঃ পঞ্চমংক্রুতেভেকোবদতি ধৈবতম্ব ।
নিষাদং ভাষতে হস্তীত্যেতদ্ব্রহ্মাদি সম্মতম ॥
৮। তথাহি নারদ পঞ্চম সংহিতায়াং
রাগাঃ ষড়থরাগিন্যঃ ষঠত্রিংসচ্চারু বিগ্রহাঃ ।
শিব শক্তি ময়ো রাগঃ পর প্রেমরসার্ম্বঃ ॥
যস্য শ্রবন মাত্রেন বিষ্ণুরাদ্রবিতাভবেৎ ॥

৯। মালবশ্চৈব মল্লারঃ শ্রীরাগশ্চ বসন্তকঃ।
হিন্দোলশ্চাথ কর্ণাটঃ ষট পুংরাগঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ।

১০। সঙ্গীত দামোদর ঃ—
মৃত্তিকানিতার্ম্মশ্চৈব মৃদঙ্গাঃ পরিকীর্ত্তিতাঃ।
এবংমর্দ্দলকঃ প্রোকক্তঃ সর্ব্ব বাদ্যোত্ত মোত্তমঃ।
অস্য সংযোগ মাসাদ্য সর্ব্বং বাদ্যঞ্চশোভতে ॥

## সঙ্গীত্ত পরিজাত্তে ঃ—

১১। মধ্যদেশে মৃদঙ্গস্য ব্রহ্মাবসতিসর্ব্বদা।
যথাতিষ্টন্তি তল্লোকে দেবা অত্রাপিসংস্থিতাঃ ॥
সর্ব্বদেব ময়ো যস্মা ন্মৃদঙ্গঃ সর্ব্ব মঙ্গল।

## তথাহিরত্ন মালায়া ঃ—

১২। বসন্ত রামকেলিশ্চ গুর্জ্জরী স্নরসাপিচ।
সর্ব্বস্মিন গীয়তেকালেনৈবদোষোভি জায়তে
মথক্তা হাখ্রিবা স্লোক অসিগী শলপ্পা অর্থ। মসিমক সঙ্গীত পরিজাৎনা হায়রি ঃ—

১। ব্রহ্মা মহাদেব নন্দী ভরত দুর্গা নারদ, কোহলা রাবন বায়ু রম্ভা অসিনচিংবা মখোইশিং অসি সঙ্গীত শন্দোকপনি হায়রি ॥

২। ইশৈ পুং জগোই অহুম অসি পুল্লবা।
ভাব, ভঙ্গি, সাঠেক পুনবা অসি সঙ্গীত কৌই।

জগোই মখল অহুম শুই নাট্য নৃত্যা নৃত ।।
মসিমক সঙ্গীত সারদা হাইরি ঃ—

৩। সঙ্গীত হাঙ্গৈবা অসি মখল অনিনী।
মার্গ হাঙ্গৈবা দেশী হাঙ্গৈবা ॥

৪। ন-কার হাঙ্গৈবসি প্রান বায়ুনি।
দ-কার হাঙ্গৈবসি মৈনি ॥
অনিসিনা নাদনি খোঞ্জেল খোক্লিবনি।

## মসিমক কোহলীদা হাঙ্গৈরি ঃ—

৫। খোকলকইবা খোঞ্জেল স্বর তরেৎ মথংশিংনা ;
৫–৭। রাহোং, শেন্দাং,, হামেং, উরোক, কোকিল;
হঙোই, শামু, মখোয়শিংশিগী খোন্থোক্লা; ওইরিবনি ॥

## মসিমক নারদ পঞ্চম সংহিতাদা হাঙ্গৈরি ঃ—

৮–৯। বাগ তরুক বাগিনী কুন্থ্রাতরুক অসি য়াম্না ফজবা মহাদেবগী শক্তিনা তিল্লবা মশক্তি; অথোইবা প্রেমরসগী সমক্রনি। মসিবু কাঙ্গৈদনা শকপা শোল্লবদি শ্রীহবিগী শ্রীঅঙ্গদা প্রেমতনা শিষ্থে ॥

## সঙ্গীত দামোদর ঃ—

১০। পুং হাঙ্গৈবসি লৈবাক্লা অমসুং চকার হাঙ্গৈবসিনা উনা শাবনা পুন্নমক্লা ; অথোইবনি।

## সঙ্গীত পরিজাৎঃ—

১১। পুং হাঙ্গবসি ময়াইদা ব্রহ্মানা লৈ; ব্রহ্ম লোকনি।
পুংগী মশা পুন্নমক্তা লাইয়াম সভানা লৈ মঙ্গলগী মশক্নি।

## সঙ্গীতরত্নমালা ঃ—

১২। বসন্ত রামকেলি সুবসা গুর্জ্জরী হাঙ্গবা বাগ অসি মতম
পুন্নমক্তা শকপা য়াই দোষ লৈতে ॥

শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন হাঙ্গবসিনা অথোইবনি। মবমদি শ্রীহরি কৃষ্ণ ফংবদি প্রেমতনা ফংই। প্রেমদি পুন্নমক্তগী সঙ্কীর্ত্তন্না হেন্ন থুনা ফংই।

তৃনাদপি সুনিচেন তরুবির সহিষ্ণুনা
অমানেন মানদেন কীর্ত্তনিয়া সদাহরি ॥

নাপীদগী হেন্না তোল্লি হাঙ্গনা উগুন্না থাংবা কন্না
অশাউবা পুম্বা থাদোক্তুনা কীর্ত্তন তৌগদবনি।

শ্রীযুম্নাম প্রনঞ্জয় সিংহ।

# শ্রীশ্রীহরিদাস নির্য্যান।

( অরান খুঙম ফংখিবা )।

শ্রীবৈষ্ণব গ্রন্থদা হরিদাস তরেৎ শুই। তরেৎ অসিগী মনুংদগী ব্রহ্ম হরিদাস (ঠাকুর শ্রীহরিদাস) না প্রভুগী অথোইবা ভক্তনি শ্রীসুমতি ব্রাহ্মন্না মপানি শ্রীগৌরী দেবীনা মমানি ব্রাহ্মন মচানি।

শ্রীহরিদাসনা থা তরুক শুরকপদা মপা মমা নোঙ্গাখি। মাগী কনা লৈত্রবদা পাঙলগী কাজি নিংথৌনা য়োক্কুনা চাওখি। মহাক্না চাওরক্লবদা লাইনিং লাইশোন তিন্নদবদগী কৈথেন তরা-নিথোইদা পুথোক্কুনা ফুরগা শিরে হায়না হুন্দোকললে। গঙ্গাদা তাওথরক্কুনা ফুলিয়া গ্রাম খুল য়ৌরবদা; জ্ঞান তারক্কুনা খাংপোকশং অমদা লৈখি।

মফম অহুদা মতম খরা লৈহুনা মহাক্না জগোই শাবিশিংবু জ্ঞান তাহন্দুনা লাইনিংবী কয়া ওইহনখি। মতুংদা শ্রীধাম নব-দ্বীপ্তা লাক্কুনা প্রভুগী চরন্দা চংজখি। শ্রীশ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা শ্রীক্ষে-ত্রদা লৈরবা কান্দা শ্রীশ্রীজগবন্ধু মন্দিরদগী খরা লাপ্তক্না লৈজহুনা নাম শোন্দুনা প্রভুগী থৌগন ফংজে।।

## আবাহন ( কৌজবা )

একতাল রাগ মিশ্রবিলাবল ।

লেংবিরক্লো ঙানবিররো হরি সঙ্কীর্ত্তন ময়াইদা ।
নংগী যন্ত্র নংনা পায়রিরো নংগী কীর্ত্তন নংনা তৌবিররো ॥
কৌজরি হে হরি তোল্লবা ননাই ঐখোয়না ।
পুক্লিং তুলশি ভক্তি চন্দন কংচরি শ্রীচরন্দা ।

সান্না ঃ—সঙ্কীর্ত্তন অতিয়াদা পুর্নিমা থাজগুম্না গৌরনা ঙানবিররে ॥
ভক্তনা থন্নানমিচাক ওইনা কোইদুনা থৌগল্লরে ॥

## বিষম কাটা সমতাল ।

সঙ্কীর্ত্তন অতিয়াদা গৌরন ঙাল্লি ;
পুর্নিমা থাজগুম্না গৌরাঙ্গনা ঙানবিররে ॥
ভক্তনা থরাম্মিচাক ওইদুনা কোইনা থৌগলক্লে ॥
শ্রীজগবন্ধু উরুবদা ব্রজগী প্রেম ফাওরক্লে ॥
রাধা ভাপ্তা চংলদুনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লক্লে ॥
কৃষ্ণ প্রেম্না ঙাওরদুনা লৈমায়থক্তা হায়থরক্লে ।
রাখল নিপান্না থৌগল্লদুনা স্নাহকচাং নিকলক্লে ।
সঙ্কীর্ত্তন অতিয়াদা গৌরনা ঙাল্লি ।

একতাল ঃ—

শ্রীগৌরাঙ্গ ইবুংঙোসে রসরাজ শ্রীকৃষ্ণমক্তি।
লমন শিংগে থল্লবদা জীবগী লম্বী শেম্বীবনি।
অলং–শ্রীরাধিকা ইবেম্মগী।
নমামি হরিদাসং তং চৈতন্যং তঞ্চ তৎপ্রভুং।
সংস্থিতামপি যন্মূর্ত্তিং স্বাঙ্কে কৃত্বা ননর্ত্ত যঃ॥

ব্যাখা ঃ—জীব লালবিহুনা ক্ষেত্রদা লৈরকপদা মনাই হরিদাসনা প্রভুগী কৃপা ফংজহুনা সিদ্ধি ওইখিবা হরিদাস নির্য্যান পলাবু ভক্ত বৈষ্ণব গুরুশিংবু থুরুমজহুনা শকচগে অশোয় অঙাম লানখিবা পুন্নমক বৈষ্ণবশিংগী ঙাকপিহৈবা গুন্না ঙাকপিনবা হন্না হন্না থুরুমজবি। শ্রীকৃষ্ণচেতন্য প্রভুগী থোজান মতুংইন্না মনাই হরি-দাসগীদমক গোবিন্দনা জগবন্ধুগী প্রসাদি লেংলকই

তাল লোফা মিশ্রভূপালি

১। হরিদাস নংগীদমক প্রভুনা প্রসাদ পিরকলি।
২। নংগুম্না লাইবক ফবা লৈতরে মরোন অহুমদা॥
অলং- ১। তাবিবরা হরিদাস ; ২। মনাই অথোইবনিনে ;
নংসে মহাপ্রভুগী॥
হবিদাসনা হায়জরকই ঙসিদি প্রসাদি ফংলরোই।
ঐনা লৌজবা নামগী মর্শাং শুনা লৌবা ঙমজদরে।
প্রসাদিবু লংনজবা ঐগী ইতিক ওইজদেনে।
ভক্তি তৌজহুনা প্রসাদিবু মক অমতং লৌজরেনে॥

ব্যাখা ঃ-- গোবিন্দ হনখ্রে, মথংগী মুমিত্তা প্রভু লেংলকক্লে মনাইগী মনাক্তা। হরিদাস নংগী হকচাং, খর ফরবরা।। প্রভুগী চরন্দা তোল্লবনা খুরুমজরি। ননাইগী হকচাংদি থোইনা মুংঙাইতবা লৈজদে।। মুংঙাইত্রিবদি পুক্লিং রাখল্লি।

প্রভুনা-হরিদাস করি লাইনানো ঐঙোন্দা হায়য়ুদনা।
হেপ্রভু ননাইনা লৌজবা নাম মশীংদো শুজবা ঙমজদরেনা
হরিদাস অহন ওইরে নাম মশীং হস্থরোনা।
সিদ্ধি ওইরবা নংগী হকচাংনি করিগী সাধন তৌগনি।।

লান্ন লমজিংবিত্নুনা মীওইবা মপোক লানবিগে সায়োনবা নংনি।
নাম শোনবতনা জীবগী অথোইবা লন্নি জগত্তা খংহল্লিবনি।।
হরিনামগী মগুন নামশোনবগী মহৈ নামশোন্নবগী মতৌ শন্দোকপীরি।
জীবগী সিন্থ পিবা লোইরে হৌজিক্তি ঙমজবা খরদা লৌরোনে।।

## যাত্রারূপক

হরিদাসনা হায়জরকই পাপ চেল্লবা তোল্লবা ঐনি।
তোল্লবা শাগৈদা পোকচবনি মীনা হঙ্গোইনবা ঐগী হকচাংনি।।
ফত্তবদা পুক্লিং চংবনি ফত্তরবা ঐহাক্লি।।
তোনবদগী তোল্লবা মরোল অহুমদা ঐগা মান্নবা লৈত্রবনি।।

ব্যাখা ঃ--... .... .... ......

হে প্রভু চানবী হৈবা তোল্লবা শাগৈদা পোক্লবা ( ম্লেস জাতিদা পোক্লবা তোল্লবা ) ননাইবু ব্রাহ্মনগী অথোইবা লাইগুরুগী উসবতা ব্রাহ্মন পণ্ডিত পুম্নমক্কী মথক্তা নমহত্তুনা তোল্লববু পুখংতুনা প্রসাদি ফংহনবিবনি। তৌঙমদবা লৈতবনি ওইহননিংবতা ওইহনবা তাই-বংগী মপুনি ॥ তৌঙমদবা হেপ্রভু জগৎপু শাহন্নিংবা মাইকৈদা পুত্নুনা জগোই শাহনবনি।

## একতাল-রাগ মিশ্রসরপ্রদ

শাহনবা জগোই ; ঐনা শাজবনি ,
গুরু পুম্বগী গুরুনি নংদি ॥
জগোই শাবিবো, পুংস্থু য়েবিবো,
ভজন সাধন তাকপিববো ॥
অফফত্ত লোইনা নংঙোন্দা লৈবনি ;
ফহনগে ননিংনি ফহল্লোই নতিক্লি ;
নঙ্গী থুপলবা রসদ , ঙাউত্নুনা চংলি ,
কনানা নংবু খংবা ঙমগনি।
নংবু নিন্দা তৌবা ; পাপি পাষণ্ডি ,
মাযাগী ইপাক্তা তাওবিবনি ॥
চরন অনিগী লূববা মগুন
কনানা খংব ঙমগনি।
নংনা খংহনবিগেহাঙ্গৈবা ; নঙ্গী কৃপালৈবতনা ,
তাংলবা চবন ফংজবনি ॥

ব্যাখ্যা ঃ— হে প্রভু তোল্লবা ননাইনা মতম কুইরবদগী পামজবা নিংজবা অমতং চরন্দা হঙ্গৎচরি ;—

পামজরিবদি ঐগী ইবুঙোগী লীলাসি লোইগদবা মতম শাংলক্কে, খঞ্জরি, ইবুঙোগী লীলা লোইবদো ননাইনা য়েংজবা ঙমজরোই ইবুঙোগী লীলা লোইদ্রিঙৈদা ননাইনা লৈদগী হেন্না থোৎলবা চরন্দো ননাইগী কল্লবা হৃদিদা হাপচবা থাবু হেল্লবা মাইথোং থাজগী অমৃতদো পাপ চেল্লবা ঐগী মিৎকী খোইমুনা মিৎ কুপ্পা লৈতনা থকচরগা নংগী অমৃতদগী হেন্না থুমলবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য হায়বা মিংলেন্দো পাপ চেল্লবা লৈয়েংসিনা শোঞ্জরগা নামগা লোইননা ননাইগী পুন্সি লোইজগে পীনবীয়ু প্রভু।

## দুই ঠেকা

প্রভুনা হায়রকই হরিদাস নংনা নিংজরিবদো ;।
থৌজাল হৈবা কৃষ্ণনি শোয়দনা থুংহনগনিদো ।।
যশোদাগী মচা ইবুঙো ব্রজগী থরাই ওইবনিদো।
ভক্তনা খুত্নম চনবনি মনাইগী নিংবতা থুংহনবনিদো।
হায়বমলগা প্রভুনা মনাইবু চেৎনা কোনবিবি।
প্রেমগা লোইনবা মীৎয়েংনা মনাইদা কৃপা পিবিরি।

## থুংঙরি।

মনাই বিদায় পিবিরগা সমক্রুদা লেংখবে।
স্নান তৌবা লোইরত্নুনা মন্দিরদা লেংলক্লে।

অতৈ অমা খনখিদরে মনাইগী ৱাখন্দা লৈখরে।
ভক্তশিংগা সঙ্কীর্ত্তন্দা অহিংচুপ্পা লেনখরে॥
অয়ুক ঙন্না হৌগৎলে থবক পুন্নমক লোইখরে।
ভক্তশিংনা থৌগল্লে জগবন্ধু দর্শন তৌররে॥
নির্ম্মল্যপ্রসাদ চন্দন লৌরগা, মনাইগী নাক্তা থুংলরে।

ব্যাখা ঃ--ফজববা শক্তম্না থৌজাল মিৎয়েং নুংশিনা মনাইগী মাংদা লেপপিরে।

হবিদাসনা—শ্রীচরন্দা খুরুমজে; ভক্তশিংবুস্থ খুরুমজে।
প্রভুন—হবিদাস নংগী কবি ৱাংপা লৈবগে হায়য়ু।
হবিদাসনা—হেপ্রভু ননাইগীদি শ্রীচবনগী থৌজাস্তনি।

### লোফা

ওহে প্রভু গৌবহরি ননাইনা ভীক্ষা নিজরি॥
তঙাংলবা শ্রীচরন্দো পিনবিরো ননাইদা॥
শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য শোঞ্জবদা ননাইগী পুন্সি লোইজবগে॥

### ডাসপেড়ে মিশ্রবিলাৱল।

থৌজাল হৈবা থৌজানবিয়ু হে শচীগী মপারি।
হায়জদনা চানবী হৈবা জীববু নুংশিবিবা হবি।
জীবগীদমক্তা শায়োনবিবা, তোল্লববু হেন্না চানবিহৈবা।
ওহে তোল্লবগী মবুংঙো, লংজবা পাপনা থল্লবনি।
ঐনা করি হায়জরুগনি, চরনগী ননাই নত্তনা অতৈ অমা পামজদবনি।

ব্যাখা ঃ-হবিদাসকী মাঙ্গোন্দা পুংয়েবনচিংবা ভক্তশিংনা খোল কবতাল পাইত্নুনা কোইরে। কীর্ত্তনিয়া পুম্বা শুবে ধুপদ্বিপ কত্তুনা লৈ-চন্দন লাংত্নুনা, কীর্ত্তন বিধান কায়দনা হৌবে, মনাইগীদমক প্রভুনা থৌবু ওইত্নুনা হোৎনবিরি, মনাইগীদমক প্রভুনা ইশৈস্থু শকপিরি ।।

## পাঁচ তাল

জয় বাধে কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ জয় বাধে।
শ্যামগী ওইদা থৌগল্লিবী নিকুঞ্জদা ঙাম্হোইরিবী।
হরিদাসবু কোইরত্নুনা সঙ্কীর্ত্তন্না পুমনিন নিল্লে ।।
বক্রেশ্বব পণ্ডিৎনা পাম্বোম থাগত্তুনা জগোই শাবকলে।
স্বরূপ গোষাঞিনা মুংশিনা ইশৈ শকলকল্লে ।।

## ছোট চারিতাল

ঈশ্বব পুম্নমক্তগী অথোইবা কৃষ্ণনি।
অবেপ্পা অথংবা নুংঙাইবা মশক্নি।
পুম্নমক্তগী অহানবা শ্রীগোবিন্দনি।
পুম্নমক্কী মঙোন্দা তুংনফমনি।
বৃন্দাবন্দা চম্নদবা অনৌবা মদন্নি।
কাম গাইত্রি কাম বিজ মন্ত্রনা মাবু ফংজবনি।
জয় রাধে কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ জয় বাধে।
স্বরূপ গোষাঞিনা মুংশিনা শকলক্নে।

## তেওরা

হরিদাসনা মতম ওইরবদা মনাইগী মাংদা লেংশিনবিবক্লে ।
প্রভুগী মাইথোং থম্বাল লৈহিবু মিৎকুপ্পা লৈতনা থকচবক্লে ।
মবুংঙোগী চরন থম্বালদো থমোইদা হাপচরক্লে ।
ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী খুয়া উফুনবু কোকথক্তা হাপচরক্লে ।
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য হা কৃষ্ণ চৈতন্য তোইনা তোইনা শোল্লক্লে ।
প্রভুগী মইথোং থম্বাল লৈহি চুপ্পগী মিৎলুদা পিরাং শিন্থরক্লে ।
শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য স্বব শাংনা শোল্লক্লে ।
শোল্লকনিবা নাম অতুদা থৱাই পুম্বা তিনখরে ।

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে,
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে ।

ব্যাখা ঃ—শ্রীহরি ধ্বনিনা পুমনিন নিনখবে অঙকপা ওইখবে। যোগ যোগেশ্বরশিংনা হিংনিংলিবমখৈ হিংবা শিরগে হায়রগা হেক শিবঙমই দ্বাপুর যুগকী ভিস্মদেবনা শিবগুমই নিংশিংনখি। হরে কৃষ্ণ শব্দনা পুমনিল নিনখি মনাইগী লাইবক ফববু উবগা প্রভুনা পেনবিখি ।

## একতাল

হরিদাসগী অশিবা হকচাং প্রভুনা কোনখৎলে ।
প্রেমগা লোইননা হিক্লা হিক্লা কপলক্লে ।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা জগোই শারক্লে ।

পাম্বোম থাঙ্গত্তুনা রাধে কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ তোইনা তোইনা শোন্দুনা জগোই শারক্লে।

## বিমান্দা

ব্যাখ্যাঃ—হরিদাসপু বিমান্দা (সন্দুক্তা) হাপকংলে ভক্ত মরিনা পুরে। মাংদা ধুপ দ্বীপ অমস্তুং সঙ্কির্ত্তনগা লোইননা সমুদ্র মপান্দা পুরকলে।

## শ্রীহরি সঙকীর্ত্তন লোফা

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে ॥

রামানন্দা সর্ব্বভৌম লোইননা জগোই শারি শ্রীগৌরহবি। মাংদা বক্রেশ্বরনা থৌগল্লি তুংদা গদাধরনা পাম্বোম রাংনা থাঙ্গত্তুনা হরি হরি শোল্লি ॥

ব্যাখ্যাঃ— সমক্রুদা স্নান তৌরে শেংনা ইরুথোক্লে। মতমতুদা প্রভুনা হায়, সমক্রুসে মহা তীর্থ ওইরে য়াম্না শেংলে। অর্জ্জুন্না বিদুরদা হায়খিবা প্রমান নিংশিংই।

### যথা

ভবদ্বিধা ভাগবত্তা তীর্থ তীর্থানি তীর্থ কুর্বন্তি স্ব অন্তস্থেন গদাভিত্তা।

হে খুরাতোন বিত্থব নখোইনা তীর্থ চৎলিবসি নখোয় নশাগী শেংনবা নত্তে তীর্থদা পাপ য়াম্না লৈবদো নখোয়গী শেংলব। হকচাংনা তীর্থগা শোক্কনবদা তীর্থদা লৈবম্বা পাপ ময়ামদো কোকখি মবমদি মখোইগী হৃদিদা শ্রীগোবিন্দনা তত্তুনা লেং-শিন্দুনা লৈ। অস্তুম্না প্রভুনা মযামদা খংহল্লি। ঙসিদি সমক্রসি মহাতীর্থ ওইবে যাম্না শেংলে পাপ লৈত্রে শেংলবা হবিদাসকী হক-চাংগা শম্নবদা য়াম্না শেংলে পাপ অমত্তা লৈত্রে। অস্তুম্না প্রভুনা মনাইগী মগুন থাগৎপীখি। প্রভুগী শ্রীহস্তমক্তা শ্রীজগবন্ধুগী মহা প্রসাদ পীবিবে, চন্দন থিনবিবে লৈপবেং শিবিবে। ডোব কাড়ায় প্রসাদ ফিনচিংবা পীবা লোইববদা কোম তৌবে ফজনা হিপহল্লে প্রভুগী শ্রীহস্তমক্তা লৈঙোই খোৎচিনবিবে ভক্ত মযাম চংতুনা ফজনা লোইশল্লবা স্মস্থান (মোংফম) মফম খাভিন্দুনা থমলে। হবি সঙ্কীর্ত্তনগা লোইননা স্মস্থান কোইবে হবিধ্বনিগা পুমনিন নিললবে ভক্তশিংগ লোইননা প্রভুনা সমক্রদা কুমথতুনা জলকেলি শান্নৈ স্নান তৌবগা হবিদাসবু য়েৎওইনা থনম্লগা শ্রীজগ-বন্ধুগী নোংপোক থোংলোমদা লাকলে। মনাইগী মহোসববা-দমক লুকমাই পানবিশিংদা ভিক্ষা নিবকলে।

## চৌতাল

হরিদাসগীদমক্তা নাম শোন্দুনা ভিক্ষা নিজবি।
কনা লৈজত্রবা বৈষ্ণবনি ঐনা মাগী কর্ম্ম তৌজবি।
হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা ফিগাও শানা যাম্বিবক্রে।

প্রেমগী থারা তত্তুনা শিস্থরি।
হরিদাসকী উসবকীদমক প্রসাদি খর হাপ্পীয়ু।
প্রেমগী ভিক্ষা নিজরি

**হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে,**
**হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে।**

ব্যাখা ঃ— হরিনাম শোল্লতুনা মিস্না থম্বান্দা শিস্থরি পিনা। মনাইবু চানবিহৈবা ইবুংঙো মনাইগীদমক কর্ম্ম তৌবি। জীবশিংবু মুংশিবা জীবগী খনবিবা জীবগীদমক রাবিবা মাগুম্না থৌজানহৈবা ওইখিদ্রি ওইরকলোই তাইবংসিদা।

## চরিত্তাল

অসিগুম্না থৌজালহৈবা লৈরোই লৈরোই তাইবংসিদা।
গৌবলীলা অমৃতসে অচৌবা অথুম্বা ইপাক্কি।
মরিক অমত্তা থকচবদা তাইবং ইপাক লাইনা লানগনি।
শোল্লু শোল্লু শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য।
মিকুপ্তা শান্নবা প্রভুগী লিলাসে মপান নাইদ্রবা সমক্রু ইপাক্কি।
মীনা থংবা ঙমদবনি মাবু মুংশিরবা;
ভক্ত বৈষ্ণবতনা খংবনি।
শ্রীরূপনা হোবা রঘুনাথনা লোইবা,
গোযাক্সি তরুক্কা অথোইবনি।
গোযাক্সি তরুকসিবু থুরুমজতুনা ;

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী লীলা শকচরি, তোল্লবা কৃষ্ণদাসনা।
হরি শোল্লু, শোল্লু, হরি হরি শোল্লসি।

## প্রার্থনা

চানবিয়ু চানবিয়ু হে চানবি হৈবা;
পুন্সিদি হৌখরেদো মিংলেন্দি শোলহৌদ্রে।
কাযনবেদো ইমা ইপা ইচিন ইনাও শাগৈ নাতৈ,
লুংশিববা মকপ মপাং।
অবোইবা য়াহিপ তাল্লে কনা উবা ফংদবে।
কনানা কনানো কনানা ঐগী ওইরি,
অবেপ্পা মকুপতি হরি নংতনি।
চংজবি শ্রীচরন্দা তোল্লবা ননাইনা।

—ঃ( ০ )ঃ—

# শ্রীপূজ্য পাদ সনাতন গোস্বামিং।

কর্ণাট রাজ সর্ব্বজ্ঞগী সুথাং তরুক শুবা।
শ্রীকুমারদেব; যশোহর জিলাগী ফত্তেয়াবাদ,
কৌবা মফমদা লৈবনি।
শ্রীকুমারদেবগী মচা নিপা অহুমনি।
১। সন্তোস ২। অমর ৩। অনুপম।
মথোই অহুম অসি সংস্কৃত বিদ্যা ফজনা তমই
শ্রীকৃষ্ণ ভক্তিদা পুন্নমক থমই।

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যদেবনা রামকেলিদা লেংশিনবিদুনা মচিন মনাও অনিগী মমিং হোংদোক্লুনা; রূপ অমসুং সনাতন অমসুং বল্লব-হাঈনা থোনবিদুনা থৌজানবিখি। মথংদা প্রয়াগতা রূপ অমসুং বল্লববু শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যদেবনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমতত্ত্ব রসতত্ত্ব পুন্নমক নুমিৎ তরানি লৈদুনা তরানি চুপ্পা তম্বিখি।

শ্রীকৃষ্ণগী লুপত্রবা লীলা স্থান তীর্থ মফম পুন্নমক উদ্ধার তৌনবগীদমক মচিন মনাও অনি বৃন্দাবন্দ থাবিখি। অসোমদা সনাতন্না রাজ কার্য্যদা পুক্লিং চংখিদরে। মহাক্কী থরায় হকচাং শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী চরন্দা কৎথোকখিরম্মী।

প্রভুগী চরন কাউবা লৈখিদ্রে। নিংথৌগী থবক্তা পুক্লিং চংদবা, লৈবাক্কী সাসন্দা থরাই য়াওদবা উবদা নিংথৌগী দণ্ডিনা বন্দি-শালাদা লৈখে।

পূজ্যপাদ শ্রীসনাতন সঙ্গ।

বন্দে বন্দে নন্তাত্ত্বৈতস্বরূপং শ্রীচৈতন্যমাহাপ্রভুং।
নীচোপি যৎপ্রসদাস্যোদ ভক্তি শাস্ত্রপ্রবর্তকঃ।

ইশৈ আবাহন

একতাল মিশ্রবিলারন।

লেংশিনবিরকউ গৌরহরি ;
নঙ্গী ভক্তশিংগা লোইনচুনা।
অমুবা কুচু থাদোক্তুনা;
অহিংবা সনামচু ওইবিরিবা।
নঙ্গী যন্ত্র নংনা পায়বিরো ;
নঙ্গী কীর্ত্তন নংনা শকপিরো।
ভজনস্থ খংজদে সাধনস্থ হৈজদে ;
চানবিহুনা লেংবিরক্লো।
পুক্লিং তুলশী ভক্তি চন্দনা,
পুজা কচ্চগে শ্রীচরন্দা।

## শ্রোপকী ইশৈ

### ( ক্রৌজবা )

তিন তাল অচৌবা।

গৌর লেংবিরক্লো সঙ্কীর্ত্তন আসন্দা ।
নঙ্গী যন্ত্র নঙ্গী নগুন শকপিরো সঙ্কীর্ত্তন্দা।
ভজনস্থ খংজদে সাধনস্থ হৈজদে;
হে হে প্রভু নদ্যাগী থাজ,
নদ্যাচান্দ নদ্যাচান্দ ।

ব্যাখা :—............

## শ্রোপকী ইশৈ

তিল তাল অচৌবা।

রূপকী বৈবাগ্য ফংবদা; সনাতোন্না কৈশুমশংদা,
অৱাবা ওইরে মীখা পোল্লে।
রূপতি থৌজানবিতুনা; লালবিবে গৌবাঙ্গনা;
তোল্লববুদি নিংশিংবীদ্রে।
ঐনা লংজবা ইবান্না; খোংস্থ খুৎস্থ পুল্লহুনা,
লংথোকপিবে কনা উদনা।
নঙ্গী থৌজাল থৌবিনা; শমদা কন্না পুনবিতুনা,
চরন নাক্তা চিংশিলবিয়ু।

**তাল ধ্রুবা মিশ্র কেদার।**

মাত্র (৮)

রুপকী বৈরাগ্য ফংবদা;
সনাতন্না কৈশুমশংদা;
অলং-- অরাবগী রাবু কবি হায়কগনি।
সনাতনগী থৌদোক অসিদা;
থরাইসে থোইনা চাকলবনি।
রাবে রাবে রাবে;
রাবে রাবে গোযাঞি সনাতন্দো।

**বিষম কাটা সোমতাল।**

মিশ্রবিলাবল।

লুপখবে সনাতন্দো অরা ইপাক্তা;
গোযাঞি সনাতন্দো।
অলং — কৈশুমশংগী য়াইদা ফমলি।
পীবাংতনা হকচাং চোৎলি।
শ্রীচৈতন্য উনিংবনা।
হাঈযু ঐনা কনাদা চংজনি নবদ্বীপকী থাজ-গু।
উহলবিয়ু মাইথোং থাজ মতমসিদা;
ঐগী কনা লৈজদেনে হা গৌরাঙ্গা;
নং নত্তনা তোল্লববু লালবি হাঈবা;

ঐভোঙ্গী খংনগনি।
ননাইবু থৌজালবিদ্রবদি;
থৌজাল হৈবা।
মিংলেন্দো তাইবংদা মকলগনি।

**লোক্রাঃ—মাত্র ( ৭ )**

রুপতি থৌজান্দুনা থৌজান্দুনা;
লালবিথরে গৌবাঙ্গনা;
তোল্লববুদি নিংশিংবিবা লৈত্রে।
তালং — ননাইবু কাউথোকপিথরে।
তোল্লবা ননাইবুদি।
নঙ্গী থৌজান্না পুন্নমক লালবিথবে,
তোল্ল তাব খাক্তনা।
ননাইবু লালথোকপিবোবা;
মল্লবা তাইবং ইপাক্তগী,
থৌজাল হৈবা থৌজান্না।

**ছোট চারিতাল।**

ঐনা লংজবা ইবান্না; খোংস্থু খুৎস্থ পুন্দুনা;
লংথোকপিবে ঐবু কনা উদনা।
নঙ্গী থৌজাল থৌবিনা; শমদা কন্না পুনবিদুনা;
চরন নাক্তা চিংশিলবিয়ু।

থৌজালহৈবা ইবুংঙো ; ননাইগী ইরান য়েংবিদনা ;
ননাইবু লৌশিলবিরো ॥

অলং— ঐনা কবি ঙমগনি ;
বন্দীশংগী ময়াইসিদা ;
তো-বা ঐগী মপোক্কি ,
খংলে ইরান্না ফংবনি ,
নত্রগা কবি অস্থক ৱানি ।

কপ্পা কপ্পা সনাতন্না মনাও রুপ্পু কৌবরেনে ।
নপ ভাই কৈদনো অরাবসে পুঙমদবেনে ॥
খোংসু ৎুংস পুল্লহুনা কৈশুমশংদা লংথোকপিবেনে থম্বীবেনে ।

## ঠুম্রী

সং তনা কৈশু শংদা ; প্রভু কৌজে খোঞ্জেল ৱাংন ,
তহিং হুংখিল কপ্পুনা লেঙবি ।
চাবা থকপা লৈতনা , তুম্বা হিপ্পা থাদোক্কুনা ;
ফিজোল পুম্বা পিবাংতনা চোংলি ॥
অৱা ঙমখৈ লৈতবে , নিংজ ঙমখৈ থেংখরে ,
শ্রীচৈতন্য উবদি ফংদবে ।
তাঞ্জাসিদা বপ্পা ইবা ; চিঠি পুবা নিপা অমা;
কৈশুমশংদা লাক্কুনা থুংলবে ॥

অলং— তোইনা তোইনা কৌজরি ,
হা গৌর হা গৌর হাঙ্গৈনা ।

ব্যাখা ঃ— কনাগী মিংনো সনা সনা বন্দিশংদা সনা কনানা রুপনা পিরক্লি পত্র চিঠি অমা লৌরো ।
তাবদা তুমিন্না লৈ অমুক নিংথৌগী দণ্ডি পিবিগদ্রা হাঙ্গৈতুনা খুমদ্রে , অমুক হন্না রুপনা পিবকপা চিঠি পত্রনি তাবদা ।।

## একতাল

কনানো কনানো রুপ হাঙ্গৈনা কৌখিবা ।
রুপ হাঙ্গৈবদো ঐগী থব্রাই মঙানি ।।
অরা ইপাক্তা লুপলিবা ,
নিংথৌ চৈরাক ফংলিবা ,
সনাকৌবদো ঐহাক্লি ।
খুরুমজরি তরাম্না ,
চানবিতুনা পিবিবো চিঠি ।।

চিঠি মরোল ঃ—রুপনা বৃন্দাবন্দগী অবোনবা সংঙ্কেতিক চিহ্ননা খুদম ওইনা ।

**ম, রী, ব, লী, ই, রং, ন, য় ঃ**

সনাতনগী মফমদা চিঠি মরোল অসি লোন্না য়ৌহল্লমই । মসিগী শন্দোকপা মওংদি সদজনসিংনা অর্থস্থু অতুম নৈনখিরগনি নিংজৈ ।

য— যদুপতেঃ ক্ক গত--
রী— মঠুরপুরি ক্কগতা--
র— রঘুপতেঃ ক্কগতা—
লী— উত্তর কোশলা—
ই— ইতিবিচিন্ত্য কুরষ্ব মন—
রং-- স্থিরং
ন— নশ্বর
য়-- জগদিদমবধারয় ।

সনাতন্না রুপনা পিবকপা চিঠি মবোল লোইনা ভাব তাবনই । সংসাবদা কবিস্ন অবেপ্পা লৈতে, মবম অতুনা অবেম্বদা ইশাগী ওইজবা থিতুনা মতম শাংনা মাংহলবা কান্নদ্রে। পাখোঙ্গুম্বা শ্লোক অসিগী তাৎপর্য্যনা মবম ওইতুনা রাখল তৌখি। মিনাই শাংনা ওইগদৌবগী শকক্তা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোনবনা হেন্না ফবববা খলখি ।

## ছোট দশ কুশ।

শ্রীরুপকী ময়াম্বা, সনাতন গোষাঞি,
বাদশাহগী বব মন্ত্রি ওইবম্বা।
তোল্লবা মীগী মতৌগুমলে,
বাজ মন্ত্রি সনাতন্দো
হা গৌরাঙ্গ হা গৌরাঙ্গ শোল্লি।
মিৎলুদগী প্রেম তত্তনা শিন্থৈ,

রাখল অতে খলখিদরে ,
শ্রীগৌরাঙ্গগী চরন নত্তুনা ।।
ঐগী মঙ্গল পিবিরক্লে ,
থৌজাল হৈবা ইবুংঙোনা ;
শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদা ল্পথবে ।
যশোদাগী থরাই ওইবা ।
ব্রজরাজ নন্দন কৃষ্ণ ঃ
তোইনা তোইনা শোল্লকে ।।

ব্যাখ্যা ঃ—মনাও রুপকী চিঠি ফংলবদা থোং ঙাকপা দ্বাবি য়েংত্নুনা হায়রকই । হে দ্বাবি নংদি লাইবিক হৈবনি চানবিত্নুনা ঐগী অরাবা য়েংবিয় ।। মমাংথল্লা ঐনস্থু নংবু উপায় কয়া তৌখিবনি । রুপা লিশিং মঙা (৫০০০) পীগে শেলস্থু লৌ ধর্ম্মস্থু য়েংউ ।।

থোংশংবনা হায়জে ঐহাক নিংথৌগী দণ্ডি কিজে ঙমজ বোই । কিরুস্থু ঐহাক চংখিবদগী অমুক হল্লকলবোই রুপা লিশিং তরেৎ (৭০০০) অসি লৌবো , নিংথৌনা হংলগা মশা শেং-দোকপদা য়োংলিং ফলাংগা লোইননা সমক্রুদা চোংথখরে , তাওথখবে তম্নু ।।

অনি য়ান্নত্নুনা অরোনবা লম্বীদা লাক্তুনা পাতড়া পর্ব্বত থৌরক্লে । ভুংয়াগা লোইননা রারি কয়া শানরে , মনাই ইশান্দগী

সনা মোহর তাবেং পিস্মলগা লাকপসিনা হাজিপুবদা মশেল শ্রীকান্ত উনবে। মশেল মবাই ব্রাবি বয়া শাস্ত্রবগী তুংদা ভট্ট কহল অমা মবাইদা কংলে ॥ বিদায় তৌনত্তুনা গঙ্গা লান্দুনা বাবানশিদা শ্রীচন্দ্র শেখবগী যোঙ্গান্দা থুংলরে। গুনগী মশক ওইবা; ঐগী ইবুংঙো চৈতন্যবু কনাগী যুমদা লৈবগে তাক-পীযু কাশীবাশি।

## দাসপেড়ে তিলতাল।

আথোইবা গুনগী মশক ওইবা,
ঐগী ইবুংঙো শ্রীচৈতন্য প্রভুবু।
কনাগী যুমদা লৈবগে,
তাকপীয় কাশী বাশী ॥
কাশা বাশীনা হাঙ্গৈবকই;
নঙ্গী চৈতন্যদি ঐদি খংদেনা।
চন্দ্র শেখবগী মযুমদা;
বৈষ্ণব অমা লৈ হাঙ্গৈবা তাইনা ॥
মমিংদি শ্রীগৌর হরি কৌই।
কৌপিন শেংলি মুবী খুজাই পাই।
কুচুনা ফুদোংবা সনা মচুনি।
হবিনাম্বু তত্তনা শোল্লি;
শিম্থৈ তত্তনা প্রেমগী ধাবা;

মিস্না থম্বান অনিদা পিচকারি মরিগুম্না।
হরি হরি হরিনাম্বু শোলবতদা।

যাত্রা রূপক।

প্রভু লৈবে তাবদা, থোইনা নুংঙাইজবেনে।
চন্দ্র শেখরগী থোঙ্গান্দা, লাক্লগা ফমতুনা॥
সনাতন গোষাঞিনা মরোল মরোল খলক্লে।
হবাওবে নুংঙাইবে গোষাঞি সনাতন্দো॥

অলং—মরিরে আরে ও.... মরি হা .

তাল আচোবা।

মানা যুবতী লাখ লাখ;
লোইননা জগোই শামিন্নবা।
মনিং তম্ন জগোই তম্বীবগী;
বতি লালাগী গুরু ওইরম্বা॥
মানা হৌভিক পুন্নমক থাদোক্লে,
পুক্নিং লেপ্ন সন্ন্যাসী ওইবে।

ঠুম্মরী

গোপী কুচু পামজবনা; ওইববে কুচু অঙৌবনা,
অঙাংবা ফিজোল থোক্লবি।

সনা মচুমা তাংজবা ; মঙাল মপৈনা তিল্লবা ,
শ্রীরাধাগী প্রেম বসতবু পামজবি ॥

## দুই তাল ।

মানা বাস মণ্ডন্দা ; গোপীশিঙ্গা লোইননা ;
বাস শান্নে বৃন্দাবন্দা ।
সন্ন্যাসি ওইববে ; থাজবা ঙমদবে ;
যেংখিদবে বমনী মাইথোং ॥
খুত্তা বাঁশি পাইবম্বা , বনমালা ( লৈপরেং ) থোল্লম্বা ,
তুলশী মালা চৈশু পাযববে ।
চেংলবা খুাংদা ; সনা ফিগে থোল্লম্বা ;
হৌজিক্কা কৌপিন শেংলবে ।

## একতাল ।

গৌব কবিগী কপালি ; নহাক্লা বাধা বাধা কৌবতুনা ,
নংমা লোংশিল্লি শংবান্নবা কুচু ।
ওইববে গৌবঙ্গ , বাঁকা ত্রিভঙ্গনা ;
দণ্ড কমণ্ডলু খুক্তা লৈতেংলে ॥
করি পামতুনা কবি থন্দুনা ; ভক্তশিঙ্গা লোইননা য়ুমথোং খুদিং

থুমলবা হরিনামামৃতবু য়েলবিরি।

নিংথিবা শমলাং কোকলেদো ; সন্ন্যাসী ফিজোন থোল্লেদো ;

ফজবা শমলাং ব্রজরাখাল ফিজেৎ কদাইদা লোৎখরে ।।

ব্রজদা ওইরমই অমুব থাজ ; খোংলমই মুংশিনা সুমহৎপা বাঁশি ;

হাঙ্গৈ অঙকপনি হরি হরি শোল্লি।

হরিনাম্না তাইবং লালবিররে ; রাধা প্রেমগী লমন হরি নামনি ;

খংজবা ঙমদরে নঙ্গী লীলাসে ।।

ব্যাখা ঃ—সনাতন্না মবুংঙোগী গুন শকচত্নুনা ; প্রেমগা লোইননা নোল্লুকপা ভক্তিতনা মতম লেঞ্জরি।

মতমসিদা প্রভুনা চন্দ্রশেখরদা হাঙ্গৈরকই।

থোঙ্গান্দা বৈষ্ণব অমা লাকপরা য়েংউনে ।।

চন্দ্রশেখরনা থোরকপদা বৈষ্ণব অমত্তা উদরে।

বৈষ্ণবকাকা লৈতে হাঙ্গৈনা প্রভুদা হঙ্গচ্চরে ।।

মী অমফাওবা কনাগুম্বা অমত্তসু লৈহৌদবরা।

হঙ্গচ্চরি হে প্রভু দরবেস অমতংদি থোঙ্গান্দা লৈহৌরে ।।

**দুই ঠেকা বা তিলতাল।**

রূপকী ময়াম্বা সনাতন্নি ; নংদি মাবু খংলিরোইদো।

খংলিরোই খংলিরোই খংলিরোইদো মিশ্র নংদি খংলিরোইদো ।।

পৃথিবিদা তত্ত্ব থংবা মাগুম্বা অমা লৈত্রবনি ॥
বাদশাহগী মন্ত্রি ওইবম্বনি শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদা লুপলবনি ॥
বিষয় পুম্বা থাদোক্তুনা লাকলবনি ; মাবু ঐনা চাইবিবনি।
মাবু কৌবকউ হাঈজুনা ঐনা নংবু থাবনি ॥

**রূপক**

হৌজিক নংবু পুরকউ হাঈনা ;
প্রভুনা এবু থারকপনি ।
প্রভুনা নংবু কৌরিবনি ;
লাকও চংসি দরবেস ॥

**একতাল**

লাও লাও দববেস প্রভুনা নংবু কৌরিবনি ।
ঐনা খল্লুই দববেস প্রভুনা তাকপি বৈষ্ণবনি ॥
চংসি লাবলো প্রভুনা নংবু কৌবিবনি।
আ হা আ .... .... .... .... হা ।

**দুইতাল।**

তাজবদা সনাতন্দো কিনা কিনা চংজরকই।
শেগাইরবা ফিজোল্নি মোংলবা হকচাংনি ॥
খুংকী খুজিন কোক্কী শম্না ইমোং মোংলি।
হকচাং পুম্বা থক থক নিকই চংশিঙবা ঙমদরে ॥

ব্যাখা ঃ— চন্দ্র শেখরগী মাঙ্গোন্দা মনাইবু খৌরাংনা প্রভুনা বিবাজ ওইহুবা ভান্দুনা লৈরি। সুমাং য়ৌরবদা দবশন ফংজবে ঐগা মান্ননা তোনবা লৈত্রে নাপিদগী হেন্না তোল্লে হাঙ্গীহনা মথুং অনিদা নাপি পান্দোং অনি য়াদা নাপি চিক্কুনা প্রভুগী চবন্দা লাপ্না দণ্ডবৎ প্রনাম তৌনা খুকুমজৈ।

## শকনিংবা তান্দা

নাপি পন্দোং অনি খুত্তা ; পান্দোং অমা চিক্কুনা য়াদা ;
লাপ্তক্লা খুক্রুমজবি প্রভুদা।
দরবেস উবদা প্রভু ; মিস্না থ্যান্দা ইহৌহুনা ,
চেন্থোবক্লে পাম্বোম তিংথোক্কুনা ॥
অস্থুম ওইবা গৌবাঙ্গগী ; থৌজাল হৈবা লীলাসিবু ,
পামজনা শকচবি তোল্ল কৃষ্ণদাসনা।

অলং ঃ—প্রেমগী ধারা সিন্থরক্লে ; মিস্না থম্বান্দা ,
মনাইবু উবদা ; মতম কুইনা উকদবা নুংশিবা মরুপ।

ব্যাখা ঃ— প্রভুগী থৌদোক অহু উবগা সনাতন্না নোল্লক্লা হঙ্গৎচৈ প্রভুদা।

## একতাল।

শোকপিন্নু শোকপিন্নু শোকপিন্নু প্রভু মতিক চাদে।
ঐদি তোল্লবনি শোকপদা মতিক চাদে ॥

শোকহৈদবা তোল্লবনি ফত্তা লমচত্তা হৈনবনি।
লমচং শাজংতা মতিক চাদবনি ॥
প্রভুনা হাঙ্গৈ সনাতন নোল্লুক রাহৈ থাদোক্লো।
নোল্লুকপা রাহৈনা ভক্তিনা হুদিদা তাশোন ওইরে ॥
শ্রীকৃষ্ণগী থৌজাল লৈবা মীদি অফ ফত্তা লৈত্রবনি।
নংবু শোক্লগা ঐগী অশেংবা ওইরগনি ॥

ব্যাখা ঃ— প্রভুনা হাঙ্গৈ সনাতন নংদি শ্রীকৃষ্ণগী থৌজাল লৈরবনি অতুনা ঐ নংবু শোক্লগা ঐসে পবিত্র শেংলবা ওইগদবনি। অতুগা নংদি শ্রীকৃষ্ণ কৃপা ফংলবনি; শ্রীকৃষ্ণদি থোইদোক্লা থৌজাল হৈবনি ॥ মাগী থৌজাল্লা অকিবা ফংলবা সংষারদগী নংবু নাস্তোকপিববনি। প্রভুগী রাসি তারগা সনাতন্না হঙ্গংচৈ; ইবুংঙো ননাইদি কৃষ্ণ কনানো খংজদে; ননাইগী হাঙ্গৈবু ইবুং-ঙোগী শ্রীচরন নত্তনা অতৈ অমা খংজদে প্রভু ॥

লোক্ষা ঃ— রাগ মিশ্র বিলোরল।

চংজবি শ্রীচরন্দা লৌশিলবিয়ু ননাইবু।
শ্রীচরন ফংলবদি তাইবং ইপাক লাইনা লালগনি ॥
তোল্লবা মপোক্তা পোক্লবনি শ্রীগৌরাঙ্গনা ঐগী পাঙ্গন্নি ॥

ব্যাখা ঃ—অস্তুম্না প্রভুদা সনাতন্না ভক্তি কৎপতুদা সনাতনগী লেং-বান্দা য়াল্লিবা ভট্ট কম্বল অতুদা প্রভুনা মিয়েং তাক্লরে।

## একতাল

ভট্ট কম্বল মাইকৈদা প্রভুনা ফল্লপ ফল্লপ য়েংলি।
প্রভুগী মতৌ উজবদা সনাতন্না থোইনা ইকাইজরি॥
মমল য়াম্বা ভট্ট কম্বল প্রভুনা পামদে খংলকই।
ভট্ট থাদোকনবা পাম্বে সনাতন্না খলকই।

ব্যাখা :---গঙ্গা স্নানগী বিদায় লৌজরে চংখবে গঙ্গাদা।
গৌরিয়া বৈষ্ণব অমনা শিবাকণ্ঠা অমা শুবমই।

## ছৈশে

সনাতন্না হাঙ্গৈ ওহে ভায় ঐবু উপায় অমত্তা তৌবিয়ু।
ঐগী ভট্ট কম্বল লৌৰিবো শিবাকণ্ঠাদো পিবিয়ুগবা॥
প্রমান চাদে হাঙৈবিরিবদো ঐবু নোকনবিরিৰবা।
মমল য়াম্বা ভট্ট কম্বলনি ঐগীদি শেগাইবা অমনবনি॥
মপা চাবা হাঙৈনরবদি মীপুম খুদিং য়ান্নগনি।
মপা চাদৰা থোকলবদি মীনা নোকনবা শোইদবনি॥
সনাতন্না হাঙ্গৈ অশেংবনি ঐগী কান্নগদৰা লৈজবনি।
অসুম্মা ফিশিন্নরগা গঙ্গা স্নান তৌজরগা লাকলে॥
শ্রীচন্দ্র শেখরনা অহনবা ফি পিবদা লৌ হায়ৰা য়াদ্রে।
অমনবা অশুবা ফৈজোম অমা পিতুনা বাহিরবাস;
কৌপিন্নচিংৰা ইনফি শেমলে॥

প্রভুনা হাঙ্গী সনাতন নঙ্গী ভট্ট কম্বল কদাইদা চংখরে।
প্রভু মনাইগী লাইথুং লাইমন মথাক কোকহুলনিংব মবুং-
ঙোগী ইশানা লাইথুং মথাক শেংখোক্লপিথরে ।
পুক্লিংগী অকুবা মনাইগী ভক্তি উবদা ;
প্রভুনা গুরু শিষ্যগী হৌনবী খোঁজাল পিবিহুনা ;
বাগনুগা ভক্তি কৃষ্ণ মন্ত্র ; কৃষ্ণ ভজন পুম্নমক তম্বীরে ।।

## চারিতাল।

শ্রীগৌবাঙ্গনা খোঁজান্দুনা ; রাধা কৃষ্ণ রসতত্ত্ব পুম্বা ;
মনাই সনাতন্দা তম্বিবে ।
খাকপা লৈতমা তম্বিবে ; বাধা কৃষ্ণগী রূপমাধুর্য্য তত্ত্ববু
ভক্তি মখল মাপলগী প্রেম্বু পিবিরে ।।
মনাইদা তম্বিবে ; অমুক খাকপা লৈতবে।
বাধা স্যামগী যুগোল মন্ত্রবু ।
শ্রীচৈতন্যনা খাক্তনা তম্বিবে ; ভক্তি উবদা সনাতনগী ;
হৌখ্রবা ব্রজ লীলা বসবু ।।

ব্যাখাঃ ব্রজদা লৈবা য়াবা কৃপা পিবিহুনা প্রভুগী অজ্ঞানা মবম
ওইহুনা বিদায় লৌজহনা শ্রীবৃন্দাবন্দা চংখ্রে ।।

## ছোট চালিতাল।

গোষাঞিও চংখবে চংখবে শ্রীবৃন্দাবন্দা।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শেল্লহুনা ... . .

শ্রীরূপকী ময়াম্বা সনাতন। হে .

পুকচেল শেংবা থৌজালহৈবা .... ...

কৃষ্ণ প্রেমদা লুপ্তুনা লাক্লে শ্রীবৃন্দাবন্দা ... ...

ঐদি শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী মনাইনি হে . . .

লোক্তা ঃ—

ঙহাক রূপই ঙহাক নোকই ঙহাক প্রেমদা তাণ্ডবি।
শময়াম কোকপা শিবাকণ্ঠা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোলি।
চৎখবে গোযাঞি সনাতন; যৌখবে শ্রীবৃন্দাবন।
রূপকা লোইননা উনবে অনিমকনা।।
পিরাং শিন্থত্নুনা তুববে সনাতনগী চবন্দা।
হায়জৈ রূপনা ৱাহৈ মতেক মতেক হিক্লা হিক্লা।।
শ্রীগৌবাঙ্গগী লীলা গুন শোঙ্গে রূপ সনাতন্না।
হা গৌবাঙ্গ হা গৌবাঙ্গ হাঙ্গনা শোল্লি মিৎকুপ্তনা।।
রাধা বল্লভ দাসনা পামজৈ শকচবা গৌবলীলা।
নিংজরি পুক্লিংনা কদৌঙৈ মাগী মনাই ওইজবা।।

হরি হরায়ে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ।
যাদবায় কেশবায় মাধবায় নমঃ ।।
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসুদন।
গিরি ধারি গোপীনাথ মদন মোহন।

খুরুমজরি শ্রীচৈতন্য খুরুমজরি নিত্যানন্দ।
খুরুমজরি শ্রীঅদ্বৈত খুরুমজরি গৌর ভক্ত পুন্সা
খুরুমজরি শ্রীরূপ সনাতন ভট্ট রঘুনাথ।
শ্রীজিব গোপাল ভট্ট দাস রঘুনাথ ॥
গোযাক্রিও তরুকমক্কী চরন্দা খুরুমজরি।
গোষাক্রিও তরুকমক্কী থৌজাল্লা নিংজবা থুংজরি ॥
গোষাক্রিও তরুকসিনা ব্রজদা লৈত্থনা।
শ্রীরাধা কৃষ্ণগী অরেপ্পা লীলা খংহল্লি ফজনা
গোষাক্রিও তরুকমকসিগী মনাই ওইজত্থনা।
সখোই শ্যামগী চরন ধূলিনা হিংনবা চিঙ্গাক্লি।
পুক্লিং হকচাং অমস্ত হৌনা হরি শোল্ল নিংউ বৃন্দাবন ॥
শ্রীগুরু বৈষ্ণবশিংগী চরন্দা নোল্লুক্লা চংজত্থনা।
শ্রীগুরু বৈষ্ণবশিংগী চরন্দা দণ্ডবৎ তৌনা খুরমজত্থনা ॥
হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন শকচৈ নরোত্তমদাসনা।
হরি শোল্লু হরি শোল্লু হরি হরি শোল্লু ॥

# নিমাই সন্যাস।

## আবাহন একতাল।

লেংবিরকউ গৌরহবি হবিসঙ্কীর্ত্তনসিদা।
নঙ্গী যন্ত্র মংনা পাইবিবো নঙ্গী কির্ত্তন নংনা তৌবিবো॥
অলং ঃ—তাকপিখিবদাই ঋষি ননাই নাবদদা,
কীর্ত্তন শকফমদা লেংদনা লৈ হাঈনা॥
থৌজাল নত্তনা গতি লৈজদে,
ইপাক লানবিনবা কনা লৈজদে।
পুক্লিং তুলশা ভক্তি চন্দন কচ্চবিয়ে শ্রীচবন্দা।
অষ্টাবিংসতি কলিযুগে প্রথম সন্ধ্যায়াং॥
কলি ২৮ গুবগী অহানবা মচিন্দা। স্বব ধ্বনি;
গঙ্গা মপান্দা শ্রীজগনাথ মিশ্রগী যুমদা॥
শচী দেবীগী শেংলবা গর্ভদা; ফাল্গুন থাগী,
ফাল্গুনী নক্ষত্রদা; শ্রীগৌবাঙ্গ প্রভু পোকখি।
পোকপদগী ৎহি ২৪ ফাওবা হৌখিবা ব্রজ লীলাবু;
ফোংদোক্ল শান্নতুনা। ভক্তশিংগা লোইননা সঙ্কীর্ত্তন;
তৌতুনা হবিনাম য়েলবিতুনা॥
লানঙমদ্রবা জিব পুম্বা লানবিখি।

পিতৃ পিণ্ডদানগীদমক মমাদগী বিদায় লৌতুনা ;
গায়া থামদা পিতৃ পিণ্ডদান কৎলি।
গায়াগী মরু ওইবা তীর্থ কয়া স্নান তৌই।
ইশ্বর পুরী ( থেংনতুনা ) গোষাঞ্জি উন্নতুনা গুরু বরিতুনা
দিক্ষা লৌই দশাক্ষর মন্ত্র কংই ॥
মরু ওইবা য়ারি শান্নরগা গুরুদগী বিদায় লৌতুনা ;
মমাগী চরন খুরুমজৈ।
গায়াদগী হন্নকপদগী অতৈ য়াখন্দা পুক্লিং চংথিদরে ;
নাম সঙ্কীর্ত্তন্না মপুং ওইরে সন্যাস তৌতুনা লালওমত্রবা জিব
লালবিগে থললক্রে ।

টোলদা ভক্তশিংগা লোইননা হরি সঙ্কির্ত্তন

আড়া তাল।

হরি হরয় নমঃ কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ।
যাদবায় মাধবায় কেশবায় নমঃ॥
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসুদন ।
গিরি ধারি গোপিনাথ মদন মুহন।
হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে॥

মবুংঙোগী ভাব থংবা লাইরিক হৈনিংবা ;
ছাত্র শিষ্য থর চেলক্নুনা শচী মমাদা পাও তমই ॥

ইমা ঐখোইগী ওঝা ভাব অমা তৌবে;
করি করি তৌরে হাঙ্গীয়ু।

একতান।

হায়দোকপা ঙমদরে থরাই চংখিদৌবে।
কবম হায়না পাও, তমলশিগে ইমা॥
গৌরাঙ্গা ইবুংঙো নবদ্বীব থাদোক্কদৌবে।
ইমাগী নিমাইদো সন্যাসি ওইদৌবে॥
মচা কায়নরবী মমা ওইদৌবে।
ইমা অরাবা ইপাক্তা তাঙদৌরে॥
ইমাগী কোকথক্তা ব্রজ তাদৌবে।
কপ্পা কপ্পা পুন্সি লেনদৌবে॥
নিমাইনা ইমাবু থাদোক্কদৌবে।
ইমাগী অরাবা ওইদৌবে॥

ব্যাখা:—টোলদগী নিমাই হল্লকপদা শচী মমানা হায়বকই। ইমাগী ইবুংঙো ইমাবু থাদোক্তুনা সন্যাসী ওইদুনা চৎকনি হায়বসে চুম্বরা হায়য়ু।

ইমা কনানা হায়বিবা অতুক লাইবক ফবা ঐগী ইতিক ওইদে;
ইমা সন্যাসী হায়বদো অরাইবা নত্তে॥
মপোক কোটি কোটিগী তাঞ্জরকপা পুন্সিগী ফল ফংলবা;
অমদি শ্রীকৃষ্ণনা চানবিরবতদা;
ফঙ্গদবনি ইমা কৃষ্ণ মাগী লীলানিনে॥

ইমা নোংমদি জীব পুম্নমকসি ; নুংশিবা মচামশু মমা মপা থাদোক্তুনা ; মথন মথন্ত চংখিগদবনি নুংশি হায়তুনা তুং-ইনবা ঙমলোই। ইহোলোক থাদোক্তুনা পবলোক চংপদা লম্ফুক্রবদা জীবগী কনা লৈত্রবদা ; হরি মাদনা লমজিংবিগনি। হরিনাম শোনবা কৃষ্ণ নিংবনা অথোইবনি ইমা ।।
জগৎনা হাযনৈ গাযা তীর্থদা পিতৃ মাতৃগী মমা মপাগী পিণ্ডদান তৌজববদি ; মমাগী অমৃত নামমগী লমন শিংই হাযনা, ইমা অতুনকা ঙম্না নত্তেনে। ইমা হাযবসি মচানা নৈবিবা চাগনবা যোকপদা ব্লাবিবা ; মতুগী লমন্দি মচা মশুতুনা কৃষ্ণনিংবা কৃষ্ণভজন তৌবা ; কৃষ্ণ মাগী নাম শোল্লবদি মাগী মমানি হাযতুনা কৃষ্ণ মানা লমজিংবিতুনা নুঙাইনা পবলোক্ত থন্বী হায়নে। মমা হায়বসিনা গুরু পু গী অথোইবনি।

## চারিতাল

ইমাগী লমন শিংজগে,
সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌজগে,
হা ইমা ইমা হা ইমা নুংশিবী ।।
ইমানা ঐবু পোকপিবনি ;
ইমানা ঐগী গুরুনী ;
গুরুনা বব পিনবিযু ।।

ব্যাখা ঃ—নিমাই নংগী কৃষ্ণ হায়বদো কদাইদা লৈ, ইমা কৃষ্ণদি মক্কম পুন্নমক্তা লৈ। উ-রা হৈপাল লৈপাল জীব পুক্নমক মাগী মঙাল অমমম লৈদুনা চাবা থকপা চংপা রা ঙাংবা মী, লাই, শা, উচেক, তিল, ক্বাং, পুন্নমক ঙমলিবনি। মা হেক লৈতবদা অসিবা হায়বদো ওইরিবনি॥ অদুদি ইমাদস্নু লৈবরা;লৈরিবনি, ইমাগী হৃদিদা। জীবত্মা হাইবদো মানিনে ইমা॥ ধ্যান তৌদুনা যেংগেদো যেংবিযু ইমা। থাজদ্রবদি উবোই পুক্লিং হকচং অমতা ওইনা য়েংবিযু শোইদনা উগনি॥

একতাল।

শচীধ্যান--

ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা হা নিমাই।
ইমাগী হৃদিদা কৃষ্ণদি লৈতে উদেনা॥
নিমাই নংতমক লৈবা উইনে।
ইমানদি কৃষ্ণবুদি নুংশিদে নচা ঐতবু নুংশি।
অদুননি নচা নুংশিবা থাদোকউ কৃষ্ণবু নুংশিবিযু॥

একতাল।

ইমাগী হৃদিদা লৈবিবা নিমাই নংসিদি,
কুচুনা অশংবা মনিবু ঙমজৈদো,॥
সনা ফিগে থোল্লি খুত্তা বাঁশি পাইবিদো।

কোক্তা চুড়া থেংলি মথেক অহুম থেকলিদো ॥
পুক্লিংগী কদমদা ভাত্না মাদি বাঁশিনা রাধা রাধা
খোংলিদো ॥

ব্যাখ্যা— ইমা কৃষ্ণনি মতু ইমানদি ঐতবু নুংশি। কৃষ্ণবুদি নুংশিদেদো কৃষ্ণবু নুংশিবিয়ু পুন্নমকসে মাগী লিলানি মাগী ময়া শক্তি বিদ্যা, অবিদ্যা, অবিদ্যানা খংহন্দে বিদ্যানা মাবু খংহল্লি ॥

## দাস পেড়ে

পীনবিয়ু বিদায় সন্ন্যাস থর্ম্ম লৌজরগে,
বৃন্দাবন্দা কৃষ্ণ খিজরুগে ॥
হরাও হরাও পীনবিয়ু, থাইন মৈচাক খাংঙমদরে ॥
থম্মোই অসে পুঙমদরে ॥
অস্নম অস্নম চাকশিল্লকলে ॥
কৃষ্ণ কায়ন মৈচাক্না ॥
থৌজাল হৈবী ইমাও ॥
সন্ন্যাসী ওইনা চংচরগে, জীবসিংবু লানবিরুগে।
অসি হায়না কপ্পা কপ্পা গৌরনা শচীগী
চরন্দা তুখরে ॥

## শচিউক্তি (এক তাল)

চংকনু চংকনু নিমাই, ইমাবু থাদোক্কনু।
ইমাদি কনা লৈত্রবীনি।

মরোল অহুমসিগী, মনুংদদি নং নত্তনদি,
ইমাগীদি কনা লৈত্ৰবিনী ॥
থাদোক্তুনা চংখ্রবদি নংনা, হিংগনি ইমাদি কবম্না,
থরাই ওইবা নিমাই চংকনু ।
নোংজু নুংশা মরক্তা, চাফম থকফম খংদনা,
অহিং নুংথিল কবম্না লেনগনি ॥
খল্লুবদা মিপাইরে ইমাদি, থাদোকউ নংগী রাখলসে,
ইল্লুনে ইমানা হায়বসি ॥

## ঝুমরা তাল মরি ॥

নংদি ইমাগী থরাইগী থরাইনি,
থরাইগী ললনি ।
নিমাই নওদি মিৎকী মিৎনহানি, মিৎনহা
য়াউদ্রবদি ইমাদি মিৎতাঙবী ওইবগনি ॥
নওদি থম্মোইগী মমিনি, গৌবমনিবু,
মিকুপ অমা উদবদা লৈঙমদবী নমা ঐনি ॥

## এক তাল

হা নিমাই হা নিমাই লাউনে ইমাগী তমপাক্তা ।
সন্যাসি ওইনা চংখ্রবদি, ঐদি করম হিংহৌগনি,
কায়ন ইপাক মযাইদা ॥
নৌজরিবা নহাক্কি কল্লবা সন্ন্যাস নিয়মনি,

করম ঙাকপা ঙমগনি ।।
থোৎলবা নথোংহনা যুমথোং য়ুমথোং খুদিংদা ;
ভিক্ষা নিবা করম চৎকনি ।।

ব্যাখা— ইমা নহাল মথৈ ইমা ইচা শক মুন্না খংনদে ঙসিদি মুন্না খংনবসি নচাবু মুন্না অমুক্তা য়েংশিল্লু।

## আড়া

যুইনা নোংহৌ ঙমজবা শংবা নবা কুচু ওইবা।
সনা ফিগে থোনবা খুত্তা বাঁশি পায়বা ।।
গোপ গোপী শিঙ্গা লোইনবা শ্রীবৃন্দাবন্দা।
মথেক অহুম থেকলহনা শচী মমাদা উহল্লেদো ।।
মচানি হায়বা কাউখরে, জগৎকী গুরুনি খনখবে।
নিংজবনা ইচা ওইনা শচী ঐনা ফংজবনি ।।
চৎলো চৎলো জীবগী মনাক্তা নংনা নিংবা থুংজরুরো ।
ইমানা নংবু পোকচবনি ইমানা নংগী গুরুনি ।।
গুরুনা বর পীববনি জীব পুম্বা লানবিরুরো ।।

ব্যাখা—নোংমা বিষ্ণুপ্রিয়ান ··· ··· ··· ·· ··· প্রভুনা ··· ··· ··· তাকপিখি।

এক তান।

শকহেল্লবী বিষ্ণু প্রিয়া বিদায় পীয়ু নহাক্লা ॥
জীবশিংবু লানবিরুগে সন্ন্যাসী ওইনা ঐহাক্লা ॥
হরি নাম য়েম্বিরুগে, পাপ্পা থল্লবা জীবশিংদা
তাইবং ইপাক লান্ননবা ॥

ব্যাখা— তৌবাওম্বা শক্তিনা প্রিয়াদগী বিদায় লৌখি। অসুম তৌনা নোংমা শ্রীপাদ অমসুং ভক্ত ময়ামদগীসু বিদায় লৌখি।

................................................................................................................................................
................................................................................................................................................
................................................................................................................................................
................................................................................................................................................

প:শ্বোম অনিনা চরন কোন্দুনা তুমথখরে।

ঠুংরি

চেপ্পফম মন্দিরদা গৌরাঙ্গ প্রভুনা
লেংখৎলে অহিংগী মমৈদা
সন্ন্যাসা ওইবগী চেৎলবা রাখলনা আভরন পুম্বা লৌথোক্রে ॥

একতাল।

প্রিয়ে নংদি লৈাহারোকো ... ... ... ॥
ইমাবু লুনা তৌহৌকো ... ... ... ॥ প্রিয়ে ... ... ॥
ঐ মক্লি নওনা খন্দুনা ইমাবু ... ... ॥
চংলগে ঐদি সন্ন্যাসী ওইনা ... ... ঐমক্লি ... ... ... ।

## একতাল ।

মঙ্গলগী মশক ওইরবী; বিদায় পিনবিবো ইমা ।
ফত্তরবা নচা ঐনা লুন্দোকলমলে ইমা .. ... ॥
তোল্লবা নচা ঐগী ইরান পুন্না ঙাকপিযু ।
নচা লাইবক থিবগী মঙ্গল ওইবা পীনবিযু।
দণ্ডবং প্রনাম তৌনা চরন্দা খুরুমজরী।
মমা নিংদবা মচানি ব্রাবৌবিবোই নিংজরি ॥
মপোকসিগী অবোইবা বিদায় য়াথং নিজরি।
নিংজবিবা নচাগী পুক্লিং থুংহনবিযু হাইজবি ॥

ইমা ॥

## ঠুমরী

অম্মুম্না খন্দুনা মন্দিব থাদোক্তুনা গঙ্গামপান্দা য়োরক্লে ॥
খুবাং তবা লোন্না ভক্তি তৌরতুনা
গঙ্গাজল কোক্তা হাপখরে ॥ গঙ্গাথাদোকলমলে
নবদ্বীপ থনম্লে; কাঞ্চন নগর তম্না চংলক্লে ।
লেংখরে হায়বসি ময়াম্না তাবদা কোথক্তা বজ্র ভাখরে ॥
শা-উচেক রাখবে মুং শৌদোকখরে।
লোচন দাসনা শকচৈ লোচন দাসনা শকচৈ ॥ ২ ॥

ব্যাখা— ... ... . ... ... ... ...
... ... ... ... ... ... ... ... ।

## সিন্ধুরা রাগ এক তাল

বিষ্ণুপ্রিয়া মিকপ থোক্লে তগুপ তরাং
হৌগংলে কোইনা কোঈনা য়েংলক্লে, প্রভু উবা ফংখিদবে।
প্রভু উদ্রতুনা কপ্ল কপ্লতুনা লাইবক্তা খুতুম্না শুরক্লে ॥

ব্যাখা-- ... ... ... ... ... ... ... ... ...

প্রভুনা থোল্লম্বা আভবন অপুম্বা থম্মোইদা চেৎনা কোন্দুনা। অসিনা প্রভুগী সনাগী নোপুববনি ॥ অসিনা ভকশমগী সনাগী লিকফাংনি ॥ পুম্বনমকশি যেংতুনা শিবনী এনা। হিংবা অমুক ওম্লবোই ॥ লাইবক থিবী এনা অস্তিং খুদিং চুপ্প খৌগনজবা তুমদা হিপ্ত প্রেম্না পুন্দুনা এবু শুমলমলগা প্রভুদি লোন্না লেংখবে ॥ দাস লোচন্না হাঈজৈ চাকখবে পুক্লিংদা শচীনস উখিদরে। কাঞ্চন নগবদা লেংখবে বিশ্বমভব জিববু লালবিনবা ॥

## বিভাস ঠুমরি

চেলক্কুনা শচীগী, থোংজিন্দ তুরতুনা;
তপ্পা তপ্পা হাঙ্গৈরকই প্রিয়ানা
চেপলমই শর্য্যা থক্তা, লেংখরে অথেংবদা ;
তারক্লে কোথক্তা ব্রজনা ॥
মচাগী রাখল খল্লিবৈংঙ, তুম্বা হিপ্পা য়াদবিঙৈ;
তাবদা মীপায়রে শচীনা ।
মশম মনা ইফা ফা, ফিজেং লৈতেং মফম খংদা;
মমৌগী পাওদম তাতুনা ।
থাংমৈ থুনা থাঙ্গৎলি, মাইকৈ খুদিং থিরক্লে;
মচা লৈবা উবা ফংদবে ॥
মমৌগী খুজেং পাঙ্গৈতুনা, লম্বী খুদিং কপ্পা কপ্পা,
নিমাই নিমাই কৌতুনা থিবক্লে ॥

## লোফা শচীবিলাপ

অরাবনি থরাইগী নিমাইদি ঐবু থাদোক্কুনা কদায়দা চৎখরে ।
ইমাবু থাদোক্কুনা কদায়দা চৎলবগে, ইমাগী থাজ ।
লাউনে অমুক্তা, ঐগী থম্মোই হাংহন্দুনা হুরানবিথবে কনানা ॥

## এক তাল

তমথিংবা তাশোন থিল্লমলে কনানা,
পোকপদগী য়ারবী শচীগী থম্মোইদা ।।
পোকপদগী মুংশি থৌজাল থংত্রবা অস্মুক তমথিবা কনানো ?
হা নিমাই হা নিমাই ইমানা কৌবসি তাদববা ?
নংদি ইমাগী মনিনি থরায়গী থরাইনি ।।
ইমা ইমা হায়না খুম্মকউনে, লাউনে ইমাগী তমপাক্তা ।।
তনৌবা ফিজোল ভাগবত পুবাল উবদা শচীদি মিপাইবে ।।
লাউনে লাউনে নিমাই নংবু, ইমাগী নাক্তা পাববোনে ভাগবত
অমুক্তা লাউনে নিমাঈ নংবো পাববো ।
পাবরোনে নংগী ভাগবত ইমা পেন্না তাবগেনে ।।

## চারি তাল

বিষ্ণুপ্রিয়া লোইনতুনা কপ্পা কপ্পা শচীনা ।।
গঙ্গাগী তোর্ব্বান্দা লাকলে ।।

অলং – নিমাঈ নিমাই কৌবক্লে ।। হা নিমাই, নিমাঈ হায়না তোইনা; তোয়না কৌবক্লে ।। লাউনে নিমাই নিমাই হায়না, নিমাই নিমাঈ হায়না তোইনা কৌবক্লেনে ।। মচা কায়নরবী ষনবীগুম্মা, হা নিমাই ।।

## এক তাল

ইমাগী নিমাই নংনা লাক্ত্রবদি ইমাগী থরাইসে থাখিদৌরেনে।
ইমাগী থরাই মঙাসে ইবুংঙো নিমাই নংনা ওইরিবনিনে।
শচী ঐগী থরাই শচী ঐগী লল শচী ঐগী লৈজবা খিবিক।
নিমাই নহাক্তনা ওইব্রিবনিনে নংবু নত্তনা কনা লৈতরে॥
শোল্লক্রবী নমা হুন্দোক্তনা মফম কৈদা।
চৎলিবনো হা নিমাই অমুক্তদি হল্লকখোনে॥
ইমা ইমা কৌরতুনা নোমোন মোমোন নোক্তনা।
ফমলো লাওনে নিমাই ইমাই তস্পাক্তা॥

## দুই ঠেকা

থরাই শোক্না বিষ্ণুপ্রিয়া কপ্লক্লেনে লৈমাই থক্তা ওন্থোইতুনা।
মফম কৈদা লেংলবগে ননাইবু হুন্দোকপিরতুনা॥
তোল্লবীবু লাইবক থিবী ওইহল্লম্লে হায়রগা।
কায়না মৈনা চাক্লক্লে, পাপ চেনবী ঐগী থম্মোইদা॥
থরাইসে পুবা ঙমলক্তরে।
থল্লু থল্লুরগা প্রানসে পুবা ঙমলক্তরে॥
ঐগী তুংমাং অনিমক থল্লু থল্লুরগা॥
শোল্লবী ইমাবু হুন্দোক্তনা; তোল্লবী ননাইবু থাদোক্তনা।
কনাগী থোইনশিম্না সন্ন্যাস লৌদৌরিবা॥

পুন্সি ঐগী লক্ষীদা নংগী সেবা নত্তনা লান্নফম ঐগী কদাইদনো।
ফংলবোইদো চবন সেবা,
উববোইদো নিংথিবা মাইথোং,
খোই খোইবা শমলাং মাংখ্রগনি ॥

ব্যাখা— নিমাই লৈবে থল্লি, খোম্থাংনি, ... ... .

নোংঙালে নিত্যাইনন্দা লাকলে।

ব্যাখা —ইমা নচা নিত্যাই লৈবিঙৈদা ইনাও [illegible] ই[illegible]
থাদোক্তুনা চংলম লোই ইনাওবু খিতুনা ইমাগী তনপাঙা নচা
নিত্যাইনা শিন্নজগে ইমা .. .. ... . .
... .. ... ... ... ... ... .
. . ...

হে গুরু ঙাকপী হৈবা নগুন্না পিনবিবো সন্ন্যাস ॥

## ঠুমরী

চহি যাঙ্খে হেল্লবদা অপাঙ্গা খিবিক নেম্নবদা ॥
মতমছুদা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌনি হাযবি শাস্ত্রদা

রাহৈ অহু তাবদা হাইজবকই প্রভুনা।
কবি হায়না গুরুদা হঙ্গৎসিগে ঐহাক্না॥
চহি য়াঙ্খৈ শুদিঙৈদা পুন্সি লোয়বা থোক্লবদা
মপোকসিদা সাধু সঙ্গ তৌগদগে কৈদৌঙৈদা॥

## আওরী

প্রভুগী য়াথং তাবদা পেনখ্রে ভারতী পুক্লিংদা
পিবগে সন্ন্যাস নিমাই রাবন্ন পুক্লিংদা॥
ভাবতীগী রা তাবদা ঙমখৈ লৈত্রে মুঙাইবদা॥
নাপিত কৌবে মফমত্নদা শম কোক্লবা॥

ব্যাখা শ্রীনিত্যাইনন্দ লাক্লে লম্বোইবা থিংবা লাকপ্রো হাযবরু লাম্বোইবা যাওবা লাকপ তাপ্রে ... ... ... . .
. .

## দুই ঠেকা

শমশেংবা লোযববদা স্নান তৌরে গঙ্গাজলদা পিনবিবো সংন্যাস ফাজোন।
গৌবাঙ্গনা হায়রকপা তাবদা ভক্ত পুম্বা নিম্নবকলে কপ্পবগী খোঞ্জেনা॥
ঙাঙ্রানব ফীজেং অনিগা ভাবতোনা পুথোক্লগা কৌপিন

অমগা লোইননা পিরে ফীজোল পুম্বা,
কোক্তা কংলে গৌর হরি শেংচিল্লক্লে ॥
থোয়না হেল্লা তোল্লবনি নিংলে ॥
মরুপ ঙাক্কি নথোই পুম্বা পিনরিয়ু মঙ্গল ওইবা।
নথুং নথুং কোক্তা শোক্লত্তনা।
সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌরুবা নত্তে পুক্লিংদা
থৌওইদবা ফংজনবা শ্রীকৃষ্ণগী চরন ॥

ব্যাখা— গুরুনা মন্ত্র খংদ্রবদা প্রভুনা মন্ত্র পুথোক্লে প্রতুদা মন্ত্র পিরে। আকাশবানিনা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য হায়না মিংথোল্লে।

লোক্ষা

প্রভুদা সন্ন্যাস পিরবদা ভারতী প্রেম্না ঙাওরে।
শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য হাইবা নিমাইগী মিং থোনলে ॥
প্রভুনা হায় গুরু ঐগী নিংজবা থ়ুংহনবিয়ু।
কৃষ্ণ ভক্তি লৈজবা য়াথং পিনবিয়ু ॥
ভারতীনা হায়রকই ঐগী গুরুদি নংনি।
কৃষ্ণ ওইনা ঐনা উরে করি পিবা ঙমগনি ॥
তাইবং শুদ্ধংলিবা নংনা জগৎকী গুরু ওইরি।
লোক্কী চংনবিগীদমক ঐঙোন্দা গুরু হায়রি ॥

ঐনা সন্ন্যাস লৌবদগী ঙসিদা মহৈ য়ানজৈ,
মখোং থগ্গাল য়েংজহুনা বাস্থ ঘোষনা হায়জৈ ॥
ব্যাখ্যা -গুরুদগী বিদায় লৌহুনা লাক্লে ।

.. ... . . . ..

শান্তিপুর হিদেন যৌবক্লে ।

## এক তাল

যমুনা ংবু ইচেল ফবী যমুনাহুবা ?
মাগী পাক্লবা ইপাক্তা ফজবগী মথুত্তা,
যোন্তোকখিব ন'লকান্ত মনি ॥
কদায় নিংথৗবী বাধা বানি, কদায়দনো জলকেলী ।
কদাযদনো ললিতা সখি মিনোক নিংথিবী ।
কদাযদনো বাসবিহাবী বাঁশী ধাবি ওইদা বাধা বীনোদিনী ।

ব্যাখ্যা=গঙ্গাবু যমুনা ওইনা স্নান তৌবে . .
অদ্বৈত লাক্লে কয়া মকম ঙাংনরে ... ... ...
... ... ... ... ... ... ... ...

নিত্যাই নবদ্বিবতা মমা লৌবা লাক্লে . . . . .

... ... . ... .. .. .

... ... ... .

... .. ... ...

... ... ... ...

## তেউৎ

নিত্যাইচান্দ কবিগী নথন্ত লাক্লি ।।
কদাই ঐগী গৌবহবিদি ।

আলং— লাওনে নিত্যাই লাওনে ইমাগী তমপাক্না ।।
করি চা-থক্নুনা হিংলি এগী নিমাইদি,
এসি মরিনি শুববনি ।
কবম্বা লাইবক ফবী নুপীনা গৌরহবিবু পীজ পীথক পাবি
অবাম খৌবাংবনা নত্রগা চবা হেন্দুনা লৈববরা ? । ২।।

ব্যাখ্যা— নিত্যাইনা শচী নচিংবা নবদ্বীপ বাসি পুত্তনা শান্তিপুবদা লাক্লে .

.. ... .. . ... ... ... ... ...

..... ..... ..... ... . .

## এক তাল

করিনো করিনো নিমাই, তোল্লবা ফিজেৎসি করিগী শেংলি ।
নিংথিবা শমলাংদি কদায়দা চৎখ্রে ।।
কোকখ্রে, শেংলে কৌপিনবেশ খুত্তা দণ্ড কমণ্ডলু
উবদা ইমাদি থল্লাই চাকলেনে ।।

ব্যাখা — অদ্বৈত ঠাকুরগা শচীগা ল্লারী শাবা । নুমিদাং সংকীর্ত্তন উবদা অল্লাবা কোক্কনি । সেবা লোইল্লগা সংকীর্ত্তন হৌবা ।

## ঝাঁক তাল

করি অমুক হায়সিগে ইতা, ঙসিগী নুংঙাইবগী পান্দমসে ।।
মতম কুইনা মাধবতি ঐগী মন্দিরদা ঙাল্লে ।।
পাপকী থাজনা পীল্লগা অল্লাবা পুন্নমক্তো;
মায়থোং উজবদা কোকখরে লোইনমক্তো ।
অলং – থল্লাইগী মাধব থাদোক্লরোই ।। ফংজরে ফংজরে ইতা ও ।।
তাঙনে ইতা ও ।।

ব্যাখা— অদ্বৈতগীদা নুমিৎ তরানি কীর্ত্তন তৌরগা মমাদগী বিদায় লৌদুনা শ্রীজগনাথ ক্ষেত্র য়োল্লগা জগবন্ধু দর্শন তৌবদা শ্রীজগবন্ধুবু শ্রীরাধা গোবিন্দ ওইনা উদুনা ব্রজ লীলা নিত্যরস

নংশিংডুনা কুঞ্জ সেবাদা প্রার্থনা তৌই ॥

## প্রার্থনা

### দুই ঠেকা মিশ্রসরপ্রদা ॥

শ্রীরাধা মাধব অনিগী চরন পিনবিয়ু।
অরোইবা মতমদা চরন নাকা থম্বিয়ু ॥
থৌজাল হৈবা ভিক্ষাসে হাপ্পিগ্‌ ।
ননাইবু চালবিদ্রবদি চালবা হৈবা চালবী হৈর্ব মিংলেন্দো ।
সংষার অসিদা মিংচৎ থিহৌরগনি ।
নরোত্তম দাসনা হাঈজৈ শ্রীরাধা মাধবকী শ্রীচরনদা ॥
শ্রীরূপ মঞ্জুরীগী অনুগা ওইজডুনা চামর থোগঞ্জবি ॥

—ঃ( ※ )ঃ—

# "কলঙ্কা ভঙ্গল গুটা এক তাল"

ঈশৈঃ— রাগ-মিশ্রসরপ্রদা ।

নোংমদি কুঞ্জলৈকোন্দা, রাধা কৃষ্ণনা ঙান্থোইরমই ।
সখি কনা য়াওদনা লৈগী তাংবনথক্তা ।।
মবুংঙোগী খুজেং পায়জতুনা;
(১) মিরবা খোঞ্জেন্ন তপ্না তপ্না ।
(২) হায়জরকই নোল্লুকচনা রাধানা ।।
(১) চিংনা চিংনা য়েংজতুনা;
মবুংঙোগী মাইথোং থাজ শ্রীমতি রাধানা ।।
(২) ঐদি ইকাঈবনা শিরেদনা,
ব্রজগী লম্বী চৎপদা;
য়ুমদগী মপাল থোকপদা ।
হা গোবিন্দ, বাঁশি থোনবা ।
মনিংতম্বী লমহেলবী রাধা; রাথোক চাওবী ।
লমহেনবী ফিদাদা ফমলেদো;
লমহেনবী ইপাক্তা তাওরেদো ।
লমহেনবা পোৎথোন কোকথক্তা থোংলেদো, ।।

## এক তাল

ঈশৈঃ— অরাবসে কনবিয়ু শ্যাম ।
ব্রজ পুঙ্গা পুমনিন নিলখরে ।।
অসতী অসতী হাঈনা ।
লমহেলবী লমহেলবী হাঈনা ।

ব্যাখা—ইবুংঙো কৃষ্ণগী মরিদা লমহেবী হাঙ্গনবসে ইকাইজরবস্থু তাজবদা নাকোংদা অমৃতগী ইচেলগুম চেলশিনজরিবনি। কৃষ্ণগী চরন থম্বাল পামজবনা ধ্রুব, নারদা ব্রহ্মা, শিব, যোগি ঋষি কয়া কয়ানা চাদ থক্তনা যোগ ধ্যান তৌদুনা (কৃষ্ণ কলঙ্ক) কৃষ্ণ ব্রাথোক ওইননবা হোৎনরিবনি। অদুক তাংলবা মিংথোন্দা রাধা ঐনা লাইনা ফংজববনি। মাতুদা ঐনা ব্রাবিবদি।

## "এক তাল"

ঈশৈঃ—

পাপচেনবী ইনেম ইচলগী; অয়াকপা হৈহে তাবদা।
থমোইদা তাশোন্না থিল্লবা মক্লি।
কৃষ্ণ নিংদবা ঙমদবিনী, কৃষ্ণ শোন্দবা ঙমদবিনী॥
কৃষ্ণ শোনবদি হাঙ্গীকনু, অমুবা হেক পনবদা চৈহৎপনী।

ব্যাখা—ইবেন্গী মপাও তাবদা শ্রীহরি কৃষ্ণনা, ইবেম্ম য়েংহনা নোকনিবা মাইথোংনা নুংশিনা হাঙ্গীরকই।

## এক তাল

ঈশৈঃ—

ইবেম্মা বাধে অতুম্না হাঙ্গনববোইদো।
কৃষ্ণ ঐদি তাদেদো কৃষ্ণ ঐদি খংদেদো॥

নংদি ঐনি ঐদি নংনি নঙ্গা ঐগদি অমত্তনি।
ঐবু হুংশিবনা খংবনি নত্তবনা খংদবনি॥
জটিলা কুটিলা আয়ন মখোইগুদি খংদবনি।
ইবেম্মা নংবুদি খংফম থোক্কেনা ॥
(১) খংখ্রবদি নংগী ঐগী তত্ত্বু,
(২) ব্রজদা লিলাদি লৈববোইনা॥
রাকন্নু শাউকন্নু ঐহাক্না কোকহলগনিনে।
বাধা নংগী নগুলবু জগৎসিদা উহলগনীনে ॥

ব্যাখা — হায়বমলগা শ্রীবাধা গোবিন্দ অনিমক মনি মন্দিরদা হলনখবে কলঙ্ক ভঞ্জনগী রাবি বিস্বনাথদাসনা শকচৈ ॥

## ঠুঙরী

ঈশৈঃ—

নোংমগী হুমিত্রা ফমলমই কৃষ্ণনা
শান্নবমইনে মমান্নবগা লোইননা ॥
নন্দগী শঙ্গাই মাঙ্গোন্দা নিশিংলকলেনে।
হৌখিবা কলঙ্ক ভঞ্জনগী রাদো ॥
খল্লকইনে ; কবি কমদৌসিগে হাঙ্গৈনা।
মণ্ডল মণ্ডল লীলা ওইনা জগৎ খংনা॥ ০॥

## এক তাল

ঈশৈ ঃ—

অম্মুম্মা খন্দুনা রাখল লেপ্লহৃনা ;
রাস্থখবে খংহৌদনা ।
অশিবগুম্মা হকচাং কুচু ওল্লক্লে ;
স্বব লৈতবগুম লৈবকলেনে ॥

## ফাক তাল

ঈশৈঃ—

লৈংাই থক্তা রাস্থখবে বানী ;
হাঈবকই হাঈ অরাবনী ॥
রাস্থহ্না তাবেনে ; অঙাওবীগী মতৌগুম ॥
হা গোপাল হা গোপাল ইমাবু কবি ওইবসিগে ।
নিধি নংসে ওম্থোক্না ন্থংশি হৈতেদা ,
লাঞ্জদব ইচানি ॥ ০ ॥

ব্যাখা—তমপাক্তা পমই চেজেংনা কোল্লি, কপ্পা কপ্পা মচাবু চুপই। ইখং খংহৌদনা হেক শিবা ইচা মথন্তনি। কবি মন্ত্রনো কবি মন্ত্রনো, ইচাবু হিংহনবা ঙম্বা কনানো।
ব্রজ বাজ্যবু পিথোক্কে নিংথৌ ওইনা পালহনগে, যশোদা এনা মথোং সেবা তৌজগে ॥

## এক তাল

ঈশৈঃ--

হা গোপাল হা গোপাল ইমানা কৌবা খুমলকউ ।
ইমাগী নুংশিবা মোমোন নোক্লা খুমলকউ ।।
ইমা ইমা কৌরকউ ননি মাখল ইনগেনে ।

ব্যাখা-- মন্নুংগী লীলা লৈবনা খুমদ্রবদা অঙাওবী ওইরে চেনখরে স্নথোংদা (থোঙ্গান্দা) কপ্পা কপ্পা ।

## লোফা তাল

ঈশৈ ঃ--

ইমাগী ফিজিসে হাংলে হা গোপাল ।
নং নত্তনা ইমাগী তমপাকসে হাংলে ;
মাংলে মাংলে ইমাগী ননি মাংলে ।। ০ ।।

ব্যাখা-- নুংশিবনিদা কালিনা য়োংখ্রবদা ঐনা কৌবদা ইরোল নুংদগী ইমা ইমা হাঈনা কাখৎলকপদো, কাউবা ঙমদেদা ।

নপাবুং লীলনা য়োংখ্রবদা জগৎ কনানা ঙমদ্রবদা ইচানা নপাবুং থরাই কনখিদো ।।

তাবদা রুহিমী নন্দ উপনন্দা সুনন্দ ব্রজবাসি পুম্নমক । কৃষ্ণ দশা উবদা মমাগী মতৌ য়েংবদা কপনরক্লে, অথং অহৈ মাইবা য়েংনবদা অমত্তা কান্নখিদ্রে ।

## এক তাল

ঈশৈঃ—

মতাংসিদ শ্রীদাম লাক্লে যশোদা চরন কোল্লরে।
রাবিশন্নু ইমা ইতাও কৃষ্ণবু হিঙ্গংহনগে ॥
হাঙৈরমলগা চংখরে ; কৃষ্ণগী চরন কোনখে ।
ভাই গোপাল হৌগংলো চংলসি বন ময়াম্না নংবু কৌরেনে ॥
শ্রীদাম হাঙৈনা অমুক্তা কৌও পুরকপা ভরাংগী উহৈ ইনগে।
তঙ্খাই অমা ঐনা চারে তঙ্খাই অমনা নংগী শরুকনি ॥ ০ ॥

ব্যাখা—কৃষ্ণ হিংদে তাদে খুমদে শ্রীদাম্না মনুংগী লালা উদবনিনা লুখাক পিজগে হাইতুনা শাউতুনা খুমদ্রিবরা লুখাক নত্তেয়ে অহাওবা খন্দুনা থম্বনে নংগীদমক পুরকপনি হিক্না হিক্না কপনরে। অসুম্না নিলখ্রবদা সখি নিপাল লাক্লে জটিলা কুটিলা লাক্লে চিথবা।
লৈখিদ্রে ময়াম হোংনবদা হিঙ্গংলক্রবদা নন্দ যশোদা ভাওতুনা চংলে উকুনখক্তা তুথখ্রে ॥

মতমসিদা ইবেম্মা রাধাদদি লাক্কে ; ইবেম্মদো পাওসু তাদে করি তৌই হাইবসু খংদে। অতুগা নকুবা মরুপ্না অব্রাবা দসা তারবদি পাম্বোম চোংবা মিং চিংবনচিংবা কয়া লৈরি মাহুসু করিমত্তা তৌদে। অতুগা ইবেংদো করিদি তৌব্রগা।

## ঠুমরী

ঈশৈং —

মথন্তা পংন্নুংদা মন্নুংঙাই মরমন্থ খংদ্রে ।
হাঈফমবু খংদে ন্নুংঙাইবনা ঙাওরে ।
মরন্নাই লৈকোন্দা কোইচং চংলি ॥
মচিন্দা কৃষ্ণগী নাম শোল্লি ।।
ভণ্ড পান্দুনা ইশৈবু শকই ,
লৈমচু য়েংত্নুনা হেকই পরেংত্নুম লেংথোক্কে মবুক্তা খল্লি ।
নিংথিনা লেংগনি ফজনা থমগনি কৃষ্ণ উবদা ঙক্তা হুকনি ।।
হেকলকপা লৈ হৈদোক্লে মচু মতা য়েংত্নুনা পরেংত্নুম লেংলে ।

ব্যাখ্যা—অসোমদদি পুন্নমক তিল্লবদা ইবেম্ম ॥
লাঙবা উবদা চেলক্কুনা থংলরে চিত্রানা ।
তমগদোবদা তৌহৌরিবগা তৌরমল্লিবগা খেন্নমনখ্রুনা ।
ইবেম্মা নংনা লেংলিবত্নবু কনাগীনো । চিত্রা অপংবী করিনো
কনাগীনো হাঈরিবত্নবু । পোকপদগী মন্নুং মপান
পুন্নমক খংলিবা নত্রা । ইবেম্মা ভাব ওন্নরে নংনা লেংলিবা
বৈযয়ন্তি মালাদো ॥ মাহাক্কী মঙক্তা হুকনি হাইরিবা
কৃষ্ণদো মোহ দযানা রাম্থত্নুনা শিব য়ার্না লৈহৌরে ।।
নবুংঙোদো লৈত্রবদা কনাদনো নংনা লৈ-কচচগদোবা

হেক তাবদা চিত্রা হাঈরমলগা চিত্রা সখিগী ঙক্তা কোনখবে।
চিত্রা সাখী লোইননা ।।

## দল কুশী চারি তাল

ঈশৈঃ—

মবংঙোগী অরাব তাবদা বাধাদো,
খোং থাংবা ঙমদ ঙমদ ঙপা ঙপা চৎলাক্লে।

অলঃ— হিকথবকলেনে; ইবেম্গী হকচাং পুন্না।
চংচবা ঙমজদ্রে চৎপদি থুনা চৎচনিংই ।।
কৃষ্ণগীদমক্তা রাববা, ইবেম্মা বাধাদো।
অরা মৈশা লাংথুনা, হকচাং পুন্না নিকলব্রে।

ব্যাখা—চৎলি হাঈজবনি ইবেম্দি চৎপা ঙম্মা বাধা নত্রে য়েংকী খোং থাংবদগী ওইগী খোং থাংবা (ধুকপা) ঙমখিদ্রে।

## দুই ঠেকা

ঈশৈঃ—

লফু লাগী পাংথকনি নিকখিবনা।
লুংশিৎনা য়ৈবদা লানা ফৈনা নিকপগুম ।।
নিকখিবনা নিংথিনা পুনবা বেনী নিংখাইবকলে।

ব্যাখ্যা - চিত্রানা থাংবোই চিংবোই পুবক্তুনা য়োংকলে ইবেম্মা। খল্লকইবদি ইকাই ইকি পুন্নমক্ত থাদোক্তুনা ॥ চবন কোন্দুনা ভুম্না সেবা তৌদুনা ভুম্বমখৈ লাইকন্নজগে হিংনবা হোৎনজগে। নবিগুম্না হিঙ্গলক্রুবদি আত্মাঘাঠ তৌদুনা ইবুংঙোগী থোগন ইনজখ্রগে অসিনি ॥

য়োৎগদি মচু তৌরুবদি তাঙৈকন্নু। জটিলা কুটিলা আয়ন বৃন্দে কাইল লমন। সখা সখি গোপি ময়াম উবদা। নংঙোব য়েংনবা ঙম্মখিদে ॥ উখোং মকমদা লৈবগা। লোন্না লোন্না রাম্মৃবিবা নবুংঙোবু য়েংলগা ॥

## ঠুংগুরি

ঈশোঃ -

হিরা হিরা কপাচে খোন খে কচবা ঙমজাদে।
প্রেম্না যুগলংলক্তুনা খরাই পুবা ঙমজাদে ॥
নুপাগী মপোকসে তোল্লি তোল্লিদা।
শাগৈগী থম্মসে তোল্লি তোল্লিদা ॥

ব্যাখ্যা -- অদুম্না ইবেমগী অরানসে, উনকলবদা কপ্পুবা রাদবা কনা ঙমগা যাঙখিদবে। কবিগুণা উপাই অমগা উনখিদবে ॥

মারামচুগী মখংদা মা অনিদংদি কপম্নু কপ্তে, মনিঙ্গা মপি ভুমকাংবো ঙাদে। লু পুকুনা রাখল তৌদুনা লৈ;

কনানো মতুদি বৃন্দা দেবী অমদি ভগবতি প্রৌর্নিমাসি। মবানিনে হৌনবদি নত্তে মবুক মবুক্তা খল্লি।। করিনো কৃষ্ণবু শিরবদা নত্রগা করি লীলানো। শিবদি রাৎলি ব্রজলীলাদি তঙ্খাইস্থু চন্দ্রি।

হেক খল্লুবদা ভগবতীদি অহলগা ওইবনা হাঙ্গৈ তোংদে অদুগা বৃন্দাদি খরগা নহা ওইবনে, মশক্লগা ফজবনে মুত্তিনগা নিংথিবনে।।

শ্রীগোবিন্দনগা চানবনে, ইবেম্মা বাধানগা লুনা তৌবনে। হাই হেল্লা তোংখিদুনা হৌগৎলক্লে ।। মীয়াম য়েংদুনা মথন্তা শোঞ্জবা।

মতৌগুম লাওবকলে। মীয়ায়া কপনবনে ।। অনাবনা ফদুনা নাবনে রাখলসি চমমনবে। মসিদা লৈকদুনা কাম্লদ্রে লৈনিংদ্রে হাঙ্গৈবমলগা ।।

## ঠুংরী

ঈশৈঃ—

বৃন্দাদো অস্থুম অমস্থু চৎখবে চৎখবে।
হন্না ফাওবা য়েংলমদ্রে; কনা কবিস্ত হাঙ্গৈবমদ্রে।।
মণ্ডন মণ্ডন খল্লকলে; কৃষ্ণগী লীলা কবিনো।
কবি থোকলগদৌবিনো; কবি হাঙ্গৈনা তেংবাংসিবা।।
কনাদা কবি হংলুসিবা মতম অসিদা ।।
হা হবি গোবিন্দ ননাইগী ইবান য়েংবিয়ু।

নংগী থৌজাল নত্তনা খংলোই বৃন্দা থৌজানবিয়ু ॥

ব্যাখা— হাঙ্গৈনা চংখিত্নুনা বাধা কুণ্ড তোবর্বান য়োখবে।
ঙেক ফমই খুত্তা খদাং শৌহুনা কবিগী লীলানো খল্লকই ॥

অসোম থংবা তোবর্বান্দা লৈকোন মবক্তা বাসুদেব হবি কৃষ্ণনা মাইবা শাবত্নুনা চৈশু পাইত্নুনা হিদাক থাঙ য়ান্দুনা নাকন্দা পাঞ্জিকা গেপত্নুনা ঃ—

## ঠুংঙরি

ঈশৈং—

অসুম অসুম থোবকলি, হবিনা মাইবা শাবকলি।
শাবা নত্তে অওইবনি, বৈদ্য মাইবা ওইবত্নুনা ॥
মনিত্তি কিক (১) বৃন্দাদা মীচিনা হুবান (২) যেংইদা।

ব্যাখা—বৃন্দানা কৌবকনবা কয়া হোৎনবদা রাখলনা উংখিত্নুনা তাদ্রে। রাবত্নুদা হবি মাগী থবকনি মানা থোকপা হাঙ্গৈত্নুনি হেক হৌগৎলকপদা উবে ॥

এঃ নুংঙাইবেদা নুপী অমনা অনাবগী রাবি। নাবক্তা মাইবা অমত্নুম থেংনবে নাতৈ চাবেদা ॥ হো মাহাশয় নংবু কনানো, তাশিন্নদে লমনথুমখ্রে চংখত্নুনা মাংদা থংলে ॥

মাইবা কদাইদা চংলিবনো

মীনা হংবা কৌবা তাদবসিবু করিনো ?

কৃষ্ণঃ– হংলিবা নংবু কনানো;

কবি লমদা লৈবনো, নমিংনা কবি কৌবগে ?

বৃন্দাঃ-- এ বৃন্দাবনে মদন কুঞ্জদা লৈবনে,

রাধা রানীগী মনাইনে ।

নিনাইনবু অমুক ফজবদি,

মরেন্দি ফজবমগনিন্দা, যেংনিংইদা উনিংইদা ।। ০ ।।

“এক তাল”

ইশৈ —

বারেম ছাংনাবন্থনা, তশেংবা হাইতা,

কদাইদা চংপনো ?

কদাইদা লাকপনো; বনসিংদা কপ্রি করম তৌগিবানা ।।

থোইদোকপা নত্তে এ মাধবনি ।

নংনা অদুম্না লাকপগুম, এস্ম অদুম্না, লাকলিবনিকো ।।

মাগী মচিন্দগী তাববু যশোদা নন্দগী মচা ।

গোপালবু শিরে নারেপ হাইদা হাঙ্গিনা থাইদা চুনবা ।।

বৃন্দাঃ– হোই হোই চুনই বেদা মাইবা নারে কৃষ্ণদে ।

মাযাংগী যাম্না কপনরে ।।

তাঃ এনা যেংলবদি হেক ফংনিদা ।

অতুবু কৌদবনিনা চৎপা য়াদে ॥
বৃন্দানা নতিক নত্তে ঙমলোই চৎলুম্ম।
হোই কৌরবদি য়েংলগা থংগনিদনা ।।
অস্থুম্না কয়া ঙাংনরবদা বৃন্দানা ব্রা তেনশিন্দুনা।
যশোদানা মাইবা কৌরু লাকইবনি ॥
লেংঙসি হাইনা লাকম্মিন্নবে।
বৃন্দানা মাইবা পুতুনা লাকপা উবদা মীয়াম পুম্বা মুংঙাইবে।
মতমসিদা ভাগবতী প্রৌর্নিমাসিনাঃ--

## এক তাল

ঈশৈং —

বৃন্দাগী তুংদা লাকলিবা মাইবা।
পোকনফম লৈফম কদাইদগীনো ।।
নমিং হাঈযু বাবাগী মমিং করিনো।
নতিক নগুন ফনা লৈন উইনা ॥
পুক্লিংগী ব্রাসে নঙোন্দা হাঈগেনা।
প্রৌর্নিমাসী ঐঙোন্দা তশেংনা তম্মূনা ।।

বৈদাঃ-- হে প্রৌর্নিমাসি ইমিংনা হবি গুপ্ত কৌই।
ইপানা ব কাবাদি সুদেব কৌই ॥
লৈফমনা মঠুবা নগবদনি।
মধুপুব হাঈনস্থ খঙনৈ ॥

ব্যাখাঃ--

হরিগুপ্ত হাঙ্গৈবদি আঃ থৃপ্না হরিমা হাঙ্গৈবনি অতুনদি হরিনা শাবা মাইবনি।

অতুনদি বসুদেব হাঙ্গৈবনি,
বসুদেবগী মচা বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণনি।
হরিনা মাইবা শাতুনা লাকপনিদনা।

(ভগবতী) এক তাল

ঈশৈঃ--

আসনথক্তা লেংশিনবিসি।
পোৎলম করি করিনো তাকপিসি ॥
অতুগা অনাবসি করি লাইনানো।
হাগো বৈদ্যরাজ মুন্না য়েংবিউ ॥

ব্যাখাঃ--

বৈদ্যঃ-- ঐ অমুক্তা য়েংজখিগে য়েংবা অনাবসি কাপাট মুহ হাঙ্গৈবা অনাবতুনি আকার বিন্যাসি।
প্রৌনিমাসী ঃ— ভাব তারে আকার লৌথোকলবদি কপট তারে হরিনা তৌশিন্নবা নাশিননবনিনা খংখরে।
করি করি হিদাক তৌগনি করি পুজা তৌগনি মাইবা।

বৈদ্যঃ--হিদাক্তি ইলাই লাইবনি ঐনা হাঙ্গৈজববু পিবিরবদি।

প্রৌর্নিমাসী :— করি রাংকনি নিংথৌ কোন্নুংনি হাঙ্গৈয়ুনা অত্থু ওইরবদি চফু অহনবা ময়াই ওইরপ চাওবা অমা মচিন তুম্বা য়োংশিং য়োং খুংলাই অমগা চংগনি পুথোক্লে লৈরে মাইবা য়েংউ।

বৈদ্যঃ--ফরে মঙ্গক য়ৌদনা মবুক ফাওবদা মখুম লিশিং অমা হুৎপিরো অত্থুগা যমুনাদগী ইশিং শোকপিরুরো অত্থুদা হিদাক শেমগদবনি।

ময়াম্না :- চফু তহোবদবু করম্না ইশিং শোক্কদবনো রাবিরুম্ন লাইগী রায়েন্নি সতী সাধ্বি পতিব্রতাবু ওইরবদি শোইদনা শোক্কনি।

প্রৌ :-- সতীগীবু হাঙ্গৈরবদি ঐথোই বৃন্দাবনগী মন্নুংদদি, জটিলা কুটিলানা অথোইবী সতীনী অতৈদি কনাস্থু য়াওরোইনা॥

## এক তাল

থাগৎপা তাবদা জটিলা :--

ইশৈঃ—

ঐদি করিগী ঈশিং শোকলুগনী,

ইচা কুটিলা মাবু শোকহলগনিনা।

সতী ইচা লৈরিঔদা মমা সতীনা করিগী॥

লাও লাও কুটিলা ঈশিং শোকলো লাও ।
অশিবা হিংহনসি সতী নগুন ঙালহনসী ॥
নুমিৎ থা মশেক্কুম ঙালহলশীনে ।

কুতিলা ঃ— "ঠুংগুরী"

ঈশৈ ঃ—

তিল্লিবা ময়াম অসে গোকুলগী নুপী ঙাক্তবা হা ।
ইকাইদে ইকাইদেদা লমচং নাইদবনা ঈশিং শোকপা ঙমদেে
ব্রজলিদা ইমা ইচা লৈরমক্রবদি; কাহ্নাই অসে, শিবদি শোইরোই ।
কাহ্নাই নাবা ফহল্লগা সতী ইগুন খংহলগে ॥
চাইরমলগা নাপল ভৌনা চফু পুতুনা চৎখরে ।
যমুনাগী ঈশিংদা খুউ য়োনা কুমথরে ॥
চফু ঈশিংদা লাকশিল্লে ফুখবুনা থাঙ্গৎলে ॥
পিচকারি কাপ্পগুম্না ঈশিং পেড়ে কাপথোক্লে ॥
ব্যাখা ঃ—
শাউখিবনা

... ... ... ... ... ... ... ... ... ... ... ... ...

... ... ... ... ... ... ... ... ... ... ... ... ...

... ... ... ... ... ... ... ... ... ... ... ... ...

সভা ময়াই য়োরক্লে ॥০॥

## দুই ঠেকা

ঈশৈঃ —

উবদা গোপিশিংনা হৌনা হৌনা নোক্লক্রে।
সতী নস্তুনা সতী শাবী করিস্থ ইকাইদে ॥
তাবদা জটিলা মচাবু থীনা চৈরকলে।
লমহেনবী নংবুনে কদায়দা কবি লাল্লবা ॥

বৈদাঃ— ইমা ইমা মীযাম মমাংদা নচাবু অতুক থীনা ভাংবা হৌনদে।
চৈববদি তাইবংসিদা লমহেনবী শকক্তি নচাদনা ওইরনি ॥
অশিবা কলসি চফু পুবীযু ঈশিং শোকপিক।
কৃষ্ণনা ইমা হাঙ্গীনা কৌবদো জগত্তা উহনসি॥

## ঠুংরী

ঈশৈঃ—

চৈবমলগা চফু মুন্দুনা পুতুনা চংথবে।
যমুনাদ কুমথরে ইশিংদা চফু লুপশিল্লে।
ফুকথত্তুনা থাঙ্গৎলে ঈশিং অমত্তা যাওদবে।
থুনা যাংনা লাক্তুনা মাইবদা চফুনা থাজিল্লে ॥
হাঙ্গী হাঙ্গী মাইবনি হাঙ্গীয়ে অহোবনা ঈশিং শোকপরা।
করি যুগত্তা কনানা করম্বা কান্দা শোকপগে?
নং হেক শোকলুরো হাঙ্গীনা চফুনা থাজিল্লে।

চফুনা থারে নাবিদে থীনা ঙৈরে শাউবিদে।
নোকমি নোকমি হৌগংলকলে॥

## এক তাল

ঈশৈ ঃ—

খংলে খংলে ব্রজদা সতী কনাস্থু লৈতেনে।
সতী লৈতবা বৃন্দাবন্দা লৈফম থোক্তে অমঙ্গলনী॥
সতী লৈতবা লৈবাক বৈষ্ণব লৈতবা লৈকাই।
লৈহৈদে চংলো নয়ুম নকৈ হোংলোনে॥

বৈদ্যঃ- ইমা যশোদা ঐদি মাইববুদি পাঞ্জিনা হেন্না হৈনে।
হোংলগা সতী কনানো পুথোক্কে।
ইমানা ঐঙোন্দা হাঙ্গৈজোনে হায়দ্রবদি তৌহৈদে॥
যশোদাঃ- হে মাইবা ব্রজদা সতী কনানো।
ইচাগী থব্লাই কলবিয়ু নখোং পাইদুনা হাঙ্গৈজবি।
বৈদ্যঃ-নাকন্দা য়াল্লিবা থাওদগী জ্যোটিষ শাস্ত্র লাইরিক পুথোক্রে।
কোববাক অমদি থর্জে পুথোক্কুনা হোংলে।
ইমা অহানবা ময়েক র হাঙ্গৈবা অমা ফংলে।

মীয়াম্মা ঃ—ঐখোইগী রমনি ওইরাতারে, অমম্না নতে ঐখোইগী
রম্ভাবতীনি নস্তে হাঙ্গৈ ঐখোইগী রজনিনী অস্থুম্না মিলনবক্রে।

বৈদ্যঃ- ময়াম নিনখিনু ঐ অমুক্তা হোংনখিগে।
ইমা বগী মথংদা আকার অমস্তু ফংলে বানা হৌগদৌবি।
অমুক হোংলে ধা অমস্ত ফংলে বাধা কৌবা কনা য়াওবিবগে।
মাদি মহা সতী সাধ্বিনী মাগী মগুম্না নচা গোপাল
হিঙ্গদৌবিবনি। পাপ চেল্লবা ইমিৎসিনা অমুক্তা উজগে।
তাকপিযুবা কদাইদনো? তাবদা যশোদা বানীদি বাধাদি
অসিনি হাযরমদ্রে।

চফু অহোবা তাপ পাঙ্গৈতুনা চেলশিনখবে।
যুম্বী মকমদা কপুনা ফমলিবী বাধাগী তমপাক্তা থম্মবে॥
নোং খোংবগুম্না কপখবে অসি হাঙ্গৈনা হাঙ্গৈবকলে।

## চারি তাল

ঈশৈং—

হে বাধে নিংথিবী, ইমাদি খংদেকো,
নংদি সতী ওইরমলেকো।
নং লৈবনা বৃন্দাবনসে, জগৎকী অথোইবী,
যোগী ঋষিশিংনা শোন্নবিকো॥
ইমানা নোঙ্গবী যশোদা ঐহাকপু,
অমুক্তংদি নংনা পোকপিযুকো।

## এক তাল

ঈশৈঃ—

ইচা গোপাল হিংহলবিযু যশোদা ঐবু চানবিযু।
ফিগাওশানা নিজবি ইমাগী মনি পিনবিযু॥
অনি শুদবা ইচানি অমত্তা ভাইবা গোপাল্লি।
অমুক্তদি হিংহনবিযু শিববা ইচা গোপাল্লি।

ব্যাখা ঃ- তাবদা ইবেন্মা

... ...
... ... ... . ... ...
... .. . ... .. ... ... ...

## তেউং

ঈশৈঃ

তোল্লবীনি কনানা ঐবু কনবিগনি ৰংশি ধারী।
পোকপদগী নংগী চবন নত্তনা অতৈ খংজদ্রবিনা॥
পোকপদগী নংগী মাইথোং থাজ নত্তনা অতৈ উজদ্রৰানা।
পোকপদগী নংগী প্রসাদ নত্তনা অতৈ অমা ফংজদবিনী॥

## দুই ঠেকা

ঈশিং শোকপা ঙমম্রবদি শ্রীমধুসূদন।
যমুনগী ইবোল্লুংদা চোংথত্তুনা শিজবগে ॥
ননাহগী বিদাই ঙৈউগে মপোকসিমগী।
সতানী সংগা নত্তে হাঙৈবা লংনা খংবিবিবং।
নংগী নাম্বু শোঙ্গত্তুনা ঈশিং শোকপা চংচবা।
নংনা চানবিহুনা ইশিং শোকপা ঙমজগে ॥
তোল্লবা ননাহনা নংগী সেবা যংজগে ॥

ব্যাখ্যা

কপ্পা কপ্প চংখিহুনা যমুনা যৌবকলে, খুবাং ঙবা লোন্নবা।
লোনবু। হাঙৈজি।

## এক তাল

চানবদা কালিন্দী নংদি কৃষ্ণগী চান্নবিনী।
চকুসিং। নে বিহুনা নবুংগোবু হি হনবিয়ু ॥
যসি লংনা লেংবদি, ইবোল্লুংদা চোংথহুনা।
রাধাগী থরাও ণাগোকনি।
ঙশী হাংপা পাপ পুই হাইনা তাইবংদা নিনথিনী।
চকু তুংদা চহুনা এনা লংবু পুজবগা।
ঐগী ইংংগো হিংহন্নবিয়ু ॥

ব্যাখ্যাঃ--

মতমত্তুদ যমুনা শ্রীমতী ইবেম্মা লাক্কে, ঐবু লৌবা। ইবুংঙোগী সেবা ফংজবনি খঙ্গত্তুনা ঈশিং চাংজৌ যৌনা জুরাব কাত্নুনা লৃনা পানা নিক নিক লাওনা ফজনা মবেন্দবু ঙাঈজবি ইশিংগী ভিব পুন্নমকস্তু ইবেম্মগী মঙ্গলগীদমক য়েংত্তুনা লৈনবি।

মতমসিদা তোর্বান্দা চফু থমলগা ইবেম্মনা।

## মেন তাল

ঈশৈঃ--

অরাবনিদা বাধা ঐগী মপোকসে।
বিধি নংনা করম শেম্বিবিবা॥
বিধি নংসে ওস্থোক্না নুংশি হৈত্তেদা।
বাধা ঐবু ওস্থোক্না রাহল্লিদা॥

ব্যাখ্যাঃ--

অসি হাঈনা ইবেম্মা কপ্তুনা লৈখ্রে। সেবাগী মতম ওইবকপগা যমুনানা মবুংঙোগী থৌগল ফংনিংবগা ইবেম্মগী অরাবা য়েংবা ঙমদ্রত্তুনা জুরাব কাখৎলক্লে। অদুগা সর্গদা লাইয়াম্মা ইবুংঙোগী অমদি ইবেম্মগী অরাবা য়েংবা ঙমদ্রত্তুন আকাশবানি লাওবক্লে, শ্রীমতি হে ইবেম্মা মতম ওইরে ঈশিং শোকপিরো ইবুংঙোনা ঙাঈত্তুনা লৈবে। ত্তাবদা ইবেম্মা যমুনাদা কুমথবে ফুচ ইশিংদা লপশিল্লে। অহোবা চফুনি নন্দুনা

থাঙ্গংপা ওমদরে মতমসিদা লাইয়াম্না হন্না হন্না মঙ্গল তৌরক্লে যমুনাস্মু মবেন্দগী থৌগল তৌরগে হাঙ্গৈনা চফু অত্থ থন্ন জ্বরার কাত্থুনা লাকশিল্লে ইবেম্মনা কিনা কিনা থাঙ্গংলকপদা চফু মখুন খুদিংদা ইবুংঙোগী মুর্ত্তি মচা অমমমনা মেলথ্রে ঈশিং য়ুখিদরে চফু মপান্দগী খুদোন অত্থমলোম ব্লাংনা কাথংলে। ইবেম্মা মবুংঙো দর্শন ফংজবদা নুংঙাইজরে। অরাবা কোকচরে মাইথোং মকা লামলে। চফুমনুংদগী ইন্দ্রনিলমনি মঙাম্না ইবেম্মগী সনাকুচুদা য়েবদা থোইনা হেন্ন ফজরে। ঈশিং চফু পুত্থনা ইবেম্মা লেংলক্লে।

## এক তাল

নিংথৌগী মমোমনি গোপীলক্কী মনি
সনাগী কুচু ওমজবী।
শামুগী শাজংনি কাংঙগী খোংথাংনি,
য়েংজনিংবী মাইথোং থাজনি॥
শাজংইপোমদা বেনী ইথক হৌরি,
অশংবা সাড়ীনা লৈতেংবী।
কৃষ্ণ প্রেমদালুপলবী তনিক তনিক্লবী
লেংলক্লে ইবেম্মা রাধা॥

ব্যাখাঃ—

অস্মুম্না লাকপা য়োরকলে সভা মিয়াম মরক্তাঃ—বৈদ্যরাজনা মীয়াম খাইদোক্তুনা লম্বীওইহল্লেদো। রাধাগী জয় (২) লাওনরক্লে।

মীয়াম চংলকুনা কোইশিল্লে ॥ মথাইদা ইবেঙ্গালেপলরে ইবেম্মগী মণ্ডাল্লা চয়ুদগী হাইদোকনকপা মতোমে মাইকৈ শিলখবে সভা মিযাম ওকনবকলে ইবেম্মা যেংলগা পি তান্নবক্সে ॥ মাত্তদগী বৈদ্যনা তবেৎলক হন্না কোইখনে। ইবেম্মগী খযা উযুলালোত্তুনা সভা মমাংদা মখাই মাকখা হাপখবে খনা ঈশিংদা হাপখবে ॥ অহু॥ সভা যেংতুনা লাওবকে। যেংউ চেংউ সভা মিযাম সঙ্গীগী মণ্ডল যেংউবো। হাইনমলগা ইবেংগী লোপিগী চংনবু পাইদুনা খখবে। রাধা রাধা শোল্ল॥ ইশিংদস্থু শোল্লগা শিত্তুনা লৈবিবা গোপাল কৃষ্ণগী মশাদা ইথনে তভিষেক তৌবে। খুদকতুনা গোপাল কৃষ্ণদা খুক হৌগত্তুনা ॥

## এক তাল

ঈশৈং

ননি পিযু ননাপিযু, ইমা ইমা যশোদা।
লাম্বনা শিদোবে, থোবাংবনা শিদোবে ॥
কদায় কদায় ননী, কদাই কদাই লড়ু
কদাই কদাই ক্ষীব, কদাই কদাই খল ॥
মীযাম পুম্বাব লাংনবক্লে; কলঙ্কিনী মিংচৎ কোকখনে।
জয় ওইরে রাধিকানা, মঙ্গলগী মশক ওইবী বাধিকানা।

ব্যাখ্যাঃ-

হেক হাঙৈরকপদা যশোদানা ইমাগী ইবুংঙো গোপাল নংদনি রাংলম্বা ইমাগী কবিস্তু রাংপা লৈক্তেনে ননী মাখন ইল্লি, হন্না হন্না চুপই মচাবু শিংশিং নাল্লি চেক্তেং কোল্লি। ঐগী ইচা কংজবদি ইবেম্ম বাধে নঙ্গৌ নপান্দগীনী ইমা অমুক্তা কোলগে লাও ইবেম্মনা চংশিন্দুনা খুক্কমই। খুকমু হাঙৈবা নত্তে ইবেম্মগী পাম্বোম পাইতুনা চিংশিল্লে ওইগী তম্পাক্তা পমলে, য়েংকী তম্পাক্তা মচা গোপাল পমলে। রাধা গোবিন্দগী যুগোল মুর্ত্তি ওইরে মীপুম খুদিং ঊহনবিরে তাইবং মঙ্গল পিবিবে। শ্রীনন্দগী শঙ্গাই মাঙ্গোন্না নিকুঞ্জবন ওইবে মীযান্না কল্প বৃক্ষগী মশক ওইরে যশোদাগী তমপাক্তা বস্থ সিংহাসনগী মশক ওইবে।

## এক তালে

ঈশৈঃ-

যেংউ যেংউ অনিগী শক্তম কয়াদা ফজবিবা।
শ্যামগী ওইদা শ্রীরাধিকা; অনিনা নিংথীজবিবা॥
ফুইনা হৌবা নোংলক্তা অবংবা নোংথাংনা কুপলিবা।
সনাগী থম্বাল অশংবা থম্বাল; থম্বাল অনি পুন্না শাংলে॥

পুক্লিং খোইমু লৈহি পাম্বা মতৈ লৈহি পাম্মু বগন্ন।
চরন থম্বাল অনিগী অম্মত্তবু তত্তনা চুপচহৌবো ॥ ০ ॥

ব্যাখ্যাঃ—

অমুম্না সখিশিংনা শক্ল শোক্লবে অত্তুগা যশোদা বানিনা হাঈরকই ঐগী পুন্সিদা করিগুম্বা নিংবা থুংদবা অরাৎপা অমতা লৈত্তে অত্তবু খুাইদগী হেন্না রাৎপা নিংবা থুংদবদি ইাবম্বা রাধানা ঐগী ইমৌ ওইজবা ফংদবা অসিংন্দুদি ঐগী নিংবা থুংদবা অরাৎপা ওইবে।

## এক তাল

ঈশৈঃ—

রাধানা ঐগী ইমৌ ওইবমলবদি
ঐনা নিংবা থুংলমগনিদা।
বিধিনা মত্তুদি তম্বিবমদ্রেনা ॥
হে রাধে ইবেম্ম ফজৈদা নিংথিদা,
লৈত্তেদা নঙ্গুম্বা ত্তগং অসিদা
কল্লকইদা পামজৈদা ;
ঐগী হাঈবদো ওইজনিংইদা ॥

ব্যাখ্যাঃ—

মীয়াম হন্নখেল্লে শ্রীরাধাগী জয় লাওত্তুনা জটিলা কুটিল ইকাইত্তুনা চংপা ঙমদ্রে মত্তমত্তুদা প্রৌর্নীমাসিনা হাঈরকই

বৃন্দবানগী মন্নুংদা জটিলা কুটিলা মমা মচানা খ্বাইদগী সতী অথোই - বিনী অদুবু ঐ মঙাইরে হাঈনা নাপন তৌবা অমদি মমৌ রাধাদা নংতা নংতবা র্রা হাঈজিন্দুনা ইকাইবা পিবগী দোষনঃ ঈশিং শোকপা গুনদবনি। মতুংদি বাধাদা নংতবা হাঈগনু চংলো হাঈজুনা চংখ্রে।

মীয়াম হলখ্রবদা -- নন্দ, যশোদা. গোপাল, বৈদ্য শ্রীমতি রাধা মঙা লৈহৌবে। সখিশিংগা ইবেম্মগা লুক হৌবে অহন লমন লুক হারে ইবেম্মসু প্রসাদি ফংজবে সখিশিংসু প্রসাদি ফংজবে সখিশিংগা লোইননা বিদায় লৌজজুনা লেংখরে। নন্দ যশোদানা সনা রুপা অথুম অহাও পুথোক্নুনা বৈদ্য রাজদা দক্ষিনা কংলে। বৈদ্যনা হাঈ ঐদি দক্ষিনা লৌজবোঈ ঐনা পামজবদি নচা গোপালমক্তি হাইনা ইমানা ঐবু নুংশিবিবা অদুতনি তাবদা। যশোদানা চেজেংনা কোন্দুনা ইচামক্তি হাঈনা চুপই বাসল্য মচা নুংশিবা প্রেম ধাবা শিন্থে শিংশিং নাল্লি মতমতুদা ইমা ঐ পেঙ্গবে নুংঙাইজবে হাঈজুনা ভক্তি তৌজুনা বিদায় লৌরগা চংখ্রে খর চংখ্রগা উবা ফংখিদবে।

মতাং অসিদা কলঙ্ক ভঞ্জন লীলা লোইবে লীলা অসিবু বিশ্বনাথ কবিনা শকচৈ।

হবি শোল্লু হরি শোল্লু হবি শোল্লু॥

## বসন্ত

### হোরি লীলা গৌর চন্দ্রিকা।

আড়া—মিশ্র দেবগিরি বিলাবল।

১। য়েংউ য়েংউ গৌরাঙ্গগী ঙকলবা লীলা।
২। ঋতু বসন্তদা ভক্তশিংগা লোইননা।
গঙ্গা মপাল তম্না চৎলি গৌরাঙ্গ।
১। কয়াদা নিংথিজরিবা, গৌরসে, শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা ॥
২। ব্রজ ভাবপু নিংশিংলক্লে, হৌখ্রবা ব্রজভাবপু পুক্লিংদা,
ব্রজভাবতা লুপলবা গৌরহরি ॥

## কাটাডাসপোড়

১। গদাধরগী মাইকৈদা, স্বরুপ দামোদর য়াওরি।
বাসু ঘোয গোবিন্দসু য়াওরি।
২। গৌরিদাসনা পিচকারিদা হাপলি,
চন্দনগা য়ান্নবা আবির মহি।
১। পরেং পরেং লেপ্লি; হোলী শান্নগে হায়না।
৩। গদাধরগী হকচাংদা আবির চাইরি ফুইনা।
গৌরগী মনাই গৌরিদাসনা লেপ্তুনা লৈখ্রে।
২। গৌরাঙ্গগী সেনাপতি, গৌরিদাসনা লেপ্লে ॥
৩। ফুইনা ফুইনা চাইরি, আবিরতনা পুমম মল্লে ॥

খরুম্মা ময়ামগা লৌইননা, আবির খুবাম প্যায়রতুন,
থৌগল্লে শ্রীগৌরাঙ্গদা ॥
শান্নরিঙৈ ময়ক্কা গদাধরনা হঙংলি, গৌরাঙ্গবু ঐথোইনা ঙক্লে
খুবাক খুরহুনা ময়াম্না নোকলি ॥
ঐথোইনা ঙমলে গৌরাঙ্গবু, শাউরতুনা খরুপ্পা হায়,
ঐথোইগী গদাধরনা ঙম্বনি।
করম্বা মতমদা ঙমগ্রবা, গৌরিদাসনা হাঙ্গীরকই,
খরনা খুবাক খুরি।
পাম্বোন রাংনা থাজত্তুনা, খরনা জগোই শারি।
এ দাস মুহনগী পুক্লিং লুপথরে ॥

## চৌতাল

নিংথিববা বৃন্দাবন্দা, বসন্তনা থৌগলবদা,
উরি উপাল ঙম্না মপাল শারে।
থোইনা নিংথিজরে, য়েংথিবদা য়েংউ য়েংউ,
বসন্তনা থৌগনবদা পুমনো নোরে ॥

## ঠুংঙরি

মরু লুক্না হৈপাল লৈপাল লৈকোল খুদিং।
কোকিল থোইমু রাঙোংনসু থোংলি ॥
নেম্না ২ শাংলি পাল্লি হৈপাল লৈপাল খুদিং।

বসন্ত ঃ ঋতুগী নিংথৌনা থৌগললি ।।
কুহু কুহু কুহু খোংলি খোম্থাং মঙাদা মুংশিনা ।
হৈনৌ মপাল উমলহুনা কৈরাথক্তা তোংহুনা ।।

## ক্রাটা দাসাপোড়

১। শ্রীকৃষ্ণদি যুবতী, অতৈ খিবিক্কা লোইনা,
জগোই শামিন্নবহুনা শান্নবি।
কৃষ্ণগা জগোই শামিন্নবা, ফংদরবী গোপিশিংদদি,
বসন্তসিনা খোইরাং থাবুওইরে ।।
লবঙ্গ কৌবী উবিদা, নামিবা মলংা মুংশিংনো,
হাঙৈনা হুম্না শান্নরে।
কোকিলশিংনা খোংবনে, খোইমুনগা ওংবনে,
কুঞ্জবন অপুম্বা ইরাং চৌবে ।।
২। শ্রীকৃষ্ণগা কাঙৈনরবা, গোপীশিংনা কপানবরে,
প্রেমগী তেন্না থম্মোইন্নুংদা পাল্লহুনা।
পোমশানবা বকুন্দা, খোইমুনগা ওংবহুদা,
লাংতক্করে অমুক্কা থোঙৈনা হেন্না ।।
তনৌ তনোববা, তমাল মযোন মনম্না,
কস্তুরি চন্দনগুম্না মুংশিবে।
ডাংডানবা পাঙ্গোং নৈনা, নহাওইবা ওইবিশিঙ্গ,
থম্মোই থিঙ্গাঙৈনবা কামগী খুজিন ওইবে।

পোমশাংনব নাগেস্বরনা, বসন্ত নিংথৌ কামগী,
নিংথিববা সনাগী সেকপিনওইবে।
পোমশাংনবা উত্তোং লৈশিংদা খোইমুনগা তোংবন্দা,
কামগী তেন্দোংগী মশক ওইরে ॥
ইকাই ইকি থাদোক্লবা, জগৎ পুম্বা উবদা,
হৈপাল লৈপান্না নোক্লবগুম শাংকাঙ্গিবে।
কেতুকী কৌবী লৈবাংনা, কৃষ্ণ কায়নববাশিংগী,
থম্মোই থিঙ্গাইনবা তাসোন ওইবে।

৪। মাধবী মালিকাগী, লুংশিববা মনমসিংনা,
পুক্লিং অসে থোইনা ইনৌ নৌহল্লে।
মুনি যৌনা লাংতকনবি, ঋতুগী নিংথৌবসন্তসে,
নহাওইবা ওইবিশিংগী চাল্লবা মকুপ্পি ॥
হৈনৌ পাম্বিদা, মাধবীনা যেংপদা,
হবাও তুচুংবগুম মপাল শাংলে।
বৃন্দাবনগী উমংদা, নিংথিববী যমুনানা,
খৃাঙ্গোই লৈতেঙ্গী মশক ওইবি ॥
শ্রীজয়দেব কবিনা, বসন্তগী নিংথিজবা,
পুম্নমক্তা অপাম্বা য়েনিং হুনহলবা।
কুঞ্জবন শিংথাবদা, হরিগী চরননিংশিংসন্থ,
লুববা ভক্তগী থম্মোইনুংদা ॥

## আড়া

শঙ্গাই মুংদা ইবেম্মনা, পুক্লিং লাংতক্লম্নহুনা,
মফম অদো য়োগে হায়না নিংলে।
উপায় হাঈয় চায়বী, কৃষ্ণ ফংননবা,
কয়মনবু কাউরসিগে।
মোয়োন নোক্লা লৈহৌবদো, যমুনাগী মপান্দা,
কদম পাম্বী মখোংদা।
সখীশিংগী ময়াইদা, নোংথাং হেন্না নিংথিবী,
য়েক খোংপা থ্বাংজেংনা লৈতেংলে।।

১। পুর্ন্নিমাগী থাজনা, লৈমাইথক্তা চংপগুম্না;
মতৌ অসুম কুঞ্জ পাংনা লাক্লে

১। তপ্না তপ্না লেংলক্লে, শ্রীমতি ইবেম্মাদো,
শামু শাজং হেল্লিবী কাংঙা খোংথাং ঙমজবী।।

## আউরী

শ্রীরাধা গোবিন্দ দর্শন ওইরে ইবুংঙোনা তরাম তরাম
ওকপিরে লৈগী তাংবলথক্তা ঙাম্মোইরে।
শ্রীরাধিকাগী ইঙ্গিং থংবী সখিশিংনা হোরি লীলা শান্নবদা
মতিক চারবা নিংথিজবা ফিজোম্ন ইবেম্মবু লৈতেংহুনা
সখিশিংনা শেম শারে।।

মাগী মাগী যন্ত্র, বাশী বিনা; শিতার পাখ্বারজ অসিনচিংবা
পাঙ্গৈত্না অনিমক্কী থোগঙ্করে ॥

## ঠুমরী বা ক্কোরালি

বৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণনা হোবি লীলা শান্নরি।
শ্রীমতি বাধিকাস্থু হো হোরি লীলা শান্নবি ॥
বাধা কৃষ্ণগী লীলাবু উবদা সখিশিংনা।
অনিমক্তা কোইত্না চন্দনগা য়ান্নবা আবির পাঙ্গৈত্না ॥
হো হোবি লীলা শান্নবি।
কস্তুবিগা য়ান্নবা আবির মহিনা সখিশিংনা ফুইনা চাইরে।
ললীতা বিশাখানচিংবী গোপী লুচিংবিনা
শ্রীকৃষ্ণদা মিংকী ইঙ্গিৎ পিরে ॥
বাধিকাগী মাইথোং থম্বান লৈহীবু খোইমু ওইনা চুপালে কৃষ্ণনা।
আহা হা হা আ হা হা হা গোপী ময়াম।
আবিব রাধা কৃষ্ণদা চাইরে।

## কাটা দাসাপেড়

শ্রীমতি বাধিকানা হাঙ্গৈজবকই কৃষ্ণদা।
মাইথোং থম্বাল চেপলপ্পা খান্দুনা হাঙ্গৈজরি কৃষ্ণদা ॥
কোকিলগী স্বরবু ঙমজবী মুংশিববা খোঞ্জেল্লা।
থাদোকউ থাদোকউ নাগর ফিজি পাইবা থাদোকউ ॥

গোপী মযাম্না ইকোই কোইত্তুনা চন্দলগা যাম্নবা।
আবিব মহিনা ফুইনা খঙ্লে কৃষ্ণদা ॥
বাধা কৃষ্ণগী লীলা উবদা গোপী খিবিক চপমাম্ননা।
মনি পিচকাবি পাঙ্গৈত্তুনা চন্দনগা য়াম্নবা আবিব মহিনা ॥
ফুইনা খঙ্লে কৃষ্ণদা ॥
খাংবিযু খাংবিযু নাগব তৌঙমদবা শ্রীকৃষ্ণ।
যমুনাদা ওইখিবদো মাতুগীলমন শিংজগে ॥
ও হে শ্রীগোবিন্দ ঐখোইগী ফিবু গুত্তুনা।
কদমথক্তা লোংখিবদো কাউবিরববা ॥
কদম থক্তা ফমত্তুনা বাঁশি তোইনা খোংত্তুনা।
এখোইবু ব্রাহলখিবদো কবমনবু কাউসিগে ॥
কদম থক্তা ফমত্তুনা মোমোন মোমোন নোক্তুনা।
ঐখোইবু ব্রাহলখিবদো কবমনবু কাউসিগে ॥
কদমথক্তা এখোইগী ফিবু লোংখিবা।
মতৌ অদো এখোইনা কবমনবু কাউসিগে ॥
তৌঙমদবা নাগব নংদি হবাও হবাও যেংবা ঙমখিদকো।
চন্দনগা যাম্নবা আবির পাযত্তুনা হন্না হন্না চাইবে ॥
অনিমক্কী শ্রীঅঙ্গদা খঙ্লে গোপিশিংনা।

## দাস পোড

নৌরবা বৃন্দাবন্দো ফজনা পুমঙাং ঙাংলে।
শংবাম্নবা ইবুংঙোদো আবিরনা পুমঙাং ঙাংলে ॥

গোপী ময়ামন্থু আবিরনা পুমভাং ভাংলে।
বৃন্দাবনগী উরি রারি হৈপাল লৈপাল উচেক রায়া ॥
যমুনাগী ঈশিং ফাওবা পুমভাং ভাংলে।
অভাংবা গোপীগী মরুপ্পা অভাংবা উচেক্কী মপৈনা ॥
শ্রীরাধাকুঞ্জগী লীলা উবদা নোইনা জগোই শারকলে।
ফজনা ভাংলেদা অভাংবা কদম মথক্তা ॥
অনিমক্না শান্নবা লোইরক্নুনা সিংহাসন্দা ভাল্লে।
সখিশিংনা মাগী মাগী থৌগল সেবা ফংজরে ॥
সুরদাসনা থৌগঞ্জে রাধা কৃষ্ণ অনিগী লীলা।

শ্রীগোবিন্দনা জয় ওইরে হন্না হন্না লাওরি।
অভাংবা কদম মথক্তা অভাংবা রাহোং মপৈনা।

## ক্রাটা পোড়

১। শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিমক্না ওইরি ঐগী থরাই লন।
হন্দক হয়েংমুক্কী মপোক্তা লৈতে ঐগী করি পাঙ্গল ॥
যমুনা মপান্দা কদম বনগী মনুংদা।
অমিমক্না ভাম্থোইরি মনি তাংবন মথক্তা
অনিমক্কী শ্রীঅঙ্গদা নিংথিবা চন্দন থৌগঞ্জবা।
য়েংজনুনা মাইথোং থাজ চামর থৌগল চংজবা ॥
লেংজনুনা মালতি পরেং অনিগী ভক্তা হুকচবা।

অনিমক্কী শ্রীমুখদা কর্পুর পানা কচচবা ॥
ললীতা বিশাখানচিংবী সখীময়াম অপুম্বা।
য়াথং মতুং ইঞ্জতুনা চবন থম্বান থৌগঞ্জবা ॥
শ্রীচৈতন্য প্রভুগী মনাইগী মনাই ওইজতুনা ;
নরোত্তমদাসনা পামজরি পুক্লিংদা সেবা ॥
১। চবন কাউদবা পিনবিয়ু, রাধা কৃষ্ণ অনিগী,
মপোক মপোক খুদিংদা ॥

## রূপ মালা দাসপেড়ে
## আবাহন

থৌজানগী মপু ওইবা অমুক্তা থৌজানবিয়ু।
নঙ্গী থৌজান্দি তাইবং লান্নবনি ॥
ভজন সাধন হৈজদে অমুক্তা থৌজালবিয়ু।
২। গৌরাঙ্গ থৌজান হৈবা নঙ্গী থৌজান্দি তাইবং লান্নবনি।
শ্র শচীগী মপাবী হাগৌরাঙ্গ,
থৌজালহৈবা থৌজালবিয়ু ॥

## এক তাল

মপোক মপোক খুদিংদা শ্রীচবন কাউহলবিগন্নু।
অসিতনি নলাইনা পামজবা,

শ্রীচরনবু কাউজদবা,
মপোক মপোক খুদিংদা।
মনাই ওইনা থম্বিয়ু বৈষ্ণবশিংগী মনাক্তা॥
মনাই ওইনা থম্বিয়ু;
বৈষ্ণবশিংগী মনাক্তা ঐবু
ননাইগী ইবান থিবিগন্নু পাপ পুন্য যেংবিগন্নু।
ভমথিববা বিষয়গী লিন্না ননাইবু চিকহলবিগন্নু।
ননাইবু অমুক্তা যেংবিয়ু।
নৌববা শাথেক অহুম্না থম্মোই মুংদা ভালবিয়ু॥
থম্মোইমুংদা ভালবিয়ু,
চবা ওইবোমদা চেপ্লতুনা
নঙ্গী নৌববা শাথেক অহুম্না,
খুত্তা বাঁশি পাঙ্গবতুনা॥
শ্রীরূপ আদো পুক্লিং পেন্না য়েংজগে।

## দুই ঠেকা

মাথেক অহুম থেকপা খুত্তা বাঁশি পাঙ্গবা,
থম্মোই থম্বান্দা অমুক্তা ভালবিয়ু।
অমুক্তা উহলবিয়ুনে,
নঙ্গী মোমোন নোকপা মিনোক,
পুক্লিং কদম মখোংদা॥
ব্রজ বৃন্দাবন্দা গোপীবু শুমহৎপা।

নঙ্গী বাঁশী অদো অমুক্তা খোংবিয়ু ॥
বাঁশি স্বর তাবদা উগনি বাধাদো ।
যুগোল রূপ নিংথিবা পুক্লিং পেনা যেংজগে ॥
পুক্লিং তুলশী ভক্তি চন্দন কচচবা চবন্দা লৌবিয়ু প্রভু ॥
ননাইনা কচচবা লৌবিয়ু প্রভু,
তোল্লবগী মপু হরি,
ননাইনা কচচবা লৎনবিগনু,
খোজাল হৈবা হরি,
তোল্লবগী মপু ॥

## লোফ্রা দেবগিরি বিলাব়ল

ধন্য ওইবে লাইবক ফবে কলি যুগসে ।
চৈতন্যনা শংযোলবিবদা হেন্না লাইবক ফবে ॥
নাম য়েলবিববে, জীবগী দশা উবদা,
যমথোং খুদিং চত্তুনা ।
লাওনে জিব ঐগী নাক্তা, মনিসে লোবো নাওনে ।
অসিনু হেলবা লৈত্রবনি ।
কলিযুক্তা নাম্বু হেলবা লন অমা লৈত্রবনি ॥
তাইবং লাযনা লালগনি, কৃষ্ণ প্রেম শোঙ্গদনা ফঙ্গনি ।
বৃন্দাবন্দা লৈগনি, অনিগী সেবা ফংজগনি ॥
মায়ানা অমুক কুপলবোই, প্রেম ইপাক্তা লুপলগনি ।

হরি নাম্মা গিবেলনিনে, শ্রীগুরুনা হিরোইনিনে ॥
তাইব, ইপাক লায়না লালগনি, শ্রীগুরুনা হিবোইনিনে।
কবিমতা কিফম লৈতেনে, তাইবং শোঙ্গদনা লালগনিনে ॥
সঙ্কীর্ত্তনগী হীরুবাক্তা, পাম্বোম অনি থাঙ্গৎলুনে।

## ঝরি

কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লুনে, পাম্বোম রাংনা থাঙ্গলুনে ॥
নংবু শোঙ্গদনা লালবিগনি, থৌজাল হৈবা কৃষ্ণনে।
জিবপুংগী মপুনি, জিব পুম্বগী চংজফমনিনে ॥
তুমিত্তগী ব্রহ্মা ফাওবা জিব পুম্বগী চংজফমনিনে।

## লোফা

শ্রীচৈতন্যগী ঘাটতি, লালবগী তিংলোইনে কবিমতা।
ফংমদ্রবা ফল ফঙ্গনি, বৃন্দাবন্দা লৈগনি ॥
অনিগী সেবা ফঙ্গনি, অহিং নুংথিন মিকুপ খুদিং।

## ছোট চারিতাল

অসোন অনা মিৎতাংবা (ফাওবা)
তুব তাববা কয়া কয়া।
পুন্নমক লালবিথ্রবনি,
হরি নামগী শক্তিনা ॥

### লোক্কা

জিব পুন্বা লালবিখবে, গৌব প্রেমগী নোংলৈনা।
লোচনতদি তাদুনা লৈহৌরে মশামক্কী দোযনা ।।
তাদুনা লৈহৌবে,
মাগী কর্ম্মগী দোসনা,
পুন্নমক লালবিখবে,
খোংতেক মিৎতাং তোল্লতাব,
লালখবেদো লোইনা।

### গৌররূপ

### খোইড়া মিশ্রভৈরবী

হবি হবি শোল্লি শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লি শ্রীগৌবাঙ্গ প্রভুনা।।
পাঙ্গোম রাংনা থাঙ্গত্তুনা জগোই শাবিবি।
সঙ্কীর্ত্তনগী মযাইদা নিংথিনা জগোই থোলবিবি।।
শামুগী খোংথাংবু হেল্লিদো, ঠেকনা নৌনা শাবিদো।
পুক্লিং লুবা শক্তুম্নি সনাগী মচু হেললিদো।।

### ঝরি

ধাকিটিতক্ক ধুমকিটিতক্ক থৈ, থৈ, য়ৈবক্লে।
তা তাথৈ, তাতাথৈ, তাতাথৈ, য়ৈবক্লে ।।

গধিক্ক তাতাথৈ তাতাথৈ হাঙ্গৈনা পুংলোন ফজনা য়ৈবক্লে।
জগোইগী খোংথাং তালচানা অদ্বৈতনা য়ৈরক্লে।
প্রভুগী মাইথোং চিংনা য়েংজৈ প্রেমগী ইথক হৌরক্লে।
প্রভুদি অমুক কপই অমুক নোকই লৈমাই থক্তা রাম্থৈনে॥
বৃন্দাবন্দা চিংনা য়েংই হিক্লা হিক্লা কপলকই।
বাধা বাধা রাধা হাইনা তোইনা তোইনা কৌবকই॥
প্রেম্না ময়াই কারক্লে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হাঙ্গৈনা শোল্লক্লে।
নুংঙাইবা ঙমথৈ লৈতরে প্রেমগী ইপাক্তা তাউবক্লে॥
ভক্ত বৈষ্ণব হবাওবে জগোই তোইনা শারক্লে।
নুংঙাইজবি গোপালদাসনা সঙ্কীর্ত্তনগী বসদা॥

## আড়া—মিশ্র কাফি

য়েংউ ইতা চান্নবী য়েংউ শ্রীগৌবাঙ্গসে।
কনানা হাঙ্গৈনৈ গৌরাঙ্গসে জানকীগী মবুংঙোনি॥
কনানা হাঙ্গৈনৈ গৌরাঙ্গসে (২) শ্রীবাধিকাগী মবুংঙোনি।
চাংদমনিংঙাই লৈতে ইতা সনাগী থম্বাল মচু মাল্লি॥

নক্তে ইতা সনাগী থম্বান্দি অকনবা পোংশক্লি।
থোংনা নৌনা ফজরবা ইবুংঙোগী সনা হকচাংনি॥
চাংদমনিঙাই লৈতেনে হেল্লি হেল্লি সনাদগী।
থোংনা নেংনা ফজরবা শক্তম মবোল অহুমসিদা॥

ইতা মাগা চাংদমনিংঙাই লৈতে হেল্লি চেল্লি সনাদগী।
গৌবগী চাংদম শ্রীগৌরাঙ্গনি অতৈ অম লৈতেনে।
হাঈজৈ তোল্ল গোপাল দাসনা শ্রীগৌরাঙ্গগী শরুম ॥

## বৃন্দাবনগী ফজবা

### তেওরা-মিশ্র বিলাবল

ব্রজ বৃন্দাবনসে, ফজবা ঙমখৈ লৈতে,
ঋতু তরুক্তা থৌগল্লিনে।
কোকিল্লা কুহু খোংলি, ল্লাহোং জগোই শাবি,
খোইমু মপৈ মপৈনা নুংশিনা ঙংলিনে ॥
ফজবনা লোইরে, পুক্নিং সুমহৎলিনে,
গোলুক বৃন্দাবন্দগী থোইনা হেল্লিনে।
চেলখিনী খন্দুনা, প্রেম যমুনানা,
পাম্বোক তিংথোক্তুনা কোনশিনখবেনে ॥
ফজবা ঙমখৈ লৈতরে, হৈপাল লৈপাল পুমশংশংলে,
মালিকানা ঙৌনা শাংলে।

ব্যাখাঃ- অসিগুম্বা বৃন্দাবনগী নিকুঞ্জবন্দা সখিশিংনা থৌগন্দুনা লৈগী তাংবলথক্তা,
শ্রীরাধা গোবিন্দনা ঙাম্থোইরি ॥

## এক তাল

শ্রীরাধা গোবিন্দ, অনিগী শক্তম,
য়েংজ হৌরোনে ॥
য়েংজহৌরো, য়েংজহৌরো,
য়েংজহৌরো অনিগী শক্তম ॥

শ্যামগী কোক্তা রাহোংগী চুরা;
রাইগী কোক্তা নৌববা বেনী।
শ্যামগী খুত্তা সুমহৎপা বাঁশী,
রাইগী খুত্তা অশংবা থম্বাল ॥
শ্যামগী ঙক্তা লৈগী পরেং।
রাইগী ঙক্তা মুক্তা পরেং।
লৈগী পরেং মুক্তা পরেং,
পরেং অনি য়েংনখরে ॥
পুক্নিং খোইমু লৈহী পাম্বা,
অতৈ লৈহী পাম্মু বম্বু।
চরন থম্বাল অনিগী অমৃতবু,
পুক্নিং পেল্লা থকচ হৌরোনে ॥

## প্রার্থনা

### দাস পোড়

জয় রাধে জয় কৃষ্ণ পিনবিয়ু চরন থম্বাল।
পুন্সিগী লন ওইজগে তঙাংলবা চরন থম্বাল ॥

শ্রীনন্দগী মপারি ব্রজবাশিশিঙ্গী থরাই ওইবা
শ্রীমতি রাধিকাগী চান্ন থোইবা ॥
ব্রজ গোপীশিংগী লুচিংলিবী,
শ্রীকৃষ্ণগী পুক্নিং সুমহংলিবী।
সর্গগী লাইরেম্বীশিংনা,
নঙ্গী নগুন শকনরিবী,
শচী সতী গৌরী সাবিত্রী,
সর্গগী লাইরেম্বীশিংনা, নঙ্গী নগুন শকনবিবী ॥
চানবী হৈবী রাধে শ্রীরাধে ......... ।

## লালসা

(অরাবনি) হরি হরি অরেম্বদা হৌখবে ঐগী পুন্সি।
মীওইবা মপোক ফংলগা, রাধা কৃষ্ণ নিংদ্রতুনা,
খংনা উনা চাবেদো হু অসি ॥
গোলুক ধামগী প্রেম লন, হরি নাম সঙ্কীর্ত্তন,
করিগীনো নংনা পামদ্রিবসি।
সংষার বিষয় মৈন্নুংদা, চাকলি নংদি অহিং ন্নুংখিন,
হোৎনদ্রেনা মৈচাকসে ইংননবা ॥
ব্রজ নিংথৌ মচা কৃষ্ণনা; ওইররে শচীগী মচা,
বলরাম্না ওইররে নিত্যানন্দ।

তোল্ল তার পুন্নমক, হরি নাম্না লালখরে লোইনমক;
মাতুগী শাক্তি ওইরি জোগাইমাধাই ॥
ওহে প্রভু নন্দগী মচা, তিল্লবা ভান্নগী মমোম,
থৌজাল মিয়েং অমুক্তা য়েংবিয়ু
হাঙ্ষৈজে নরোওমদাসনা, ইস্থোকপিন্নু শ্রীচরন্দগী,
নং নত্তনা লৈজদে ঐগী কনা

## শ্রীশ্রীজগবন্ধু থোগম কাংগী ঈশৈ মিশ্র বিল্লারন

### শ্রীশ্রীজগন্নাথ আরতি

জয ওইবি জগন্নাথ আরতি কচ্চরি।
উজবদা চবন থম্বাল অরা অনা কোকচরি ॥
তোইনা তোইনা কাংশি য়ৈরি বেন্নুস্থু খোংলি।
মৃদঙ্গনা তাল চানা য়ৈরি খঞ্জুরিস্থু য়ৈরি ॥
ইন্দ্রদ্যুম্ন সমদ্রু নাক্তা খোঞ্জেল ঝাংনা কৌজবি।
মার্কণ্ড শ্বেত গঙ্গা নুংঙাইনা ইথক হৌরি ॥
স্না মনি থাংমৈ কচ্চরি মঙাস্তনা পুমলং লংই।
ষনগী ঘি অগরবর্ত্তি থাংমৈনা পুমঙাল ঙাল্লি ॥
মী লাই মুনিশিংনা থোংদা লেপলি ব্রহ্মানা বেদথিরি ॥
ধন্যানি ধন্যানি হায়না রাঘব দাসননা পেঞ্জরি ॥

## রথ যাত্রা এক তাল বা পাঁচ তালে

### সুহই রাগ

নীলাচন্দা জগন্নাথ রায়, গুণ্ডিচা মন্দিরদা লেংই।
ওকপা ফংনা রথবু লৈতেংই, অতুদা তোংহনা লেংই।
উরগা ঐগী গৌরহরিনা; ভক্ত মযাম লোইননা লৈবি।
লৈপাবং চন্দন মযামদা পিবি জগন্নাথ নাক্তা চংলি।
সম্প্রদায় তরেৎনা রথ কোইশিল্লি।
আজানু লম্বিত পাম্বোম থাঙ্গংলি ॥
পালা তরেৎনা কাং কোইশিল্লি।
যাইদা প্রভুনা জগোই থোল্লি ॥
তোইনা তোইনা হরি হরি শোল্লি।
অতিযা ফাওনা ধ্বনিনা নিল্লি ॥
অতৈ অমত্তা তাবা লৈতবি।
শ্রীগৌরাঙ্গনা সঙ্কীর্ত্তন তৌবি ॥
শ্রীনিত্যাই অদ্বৈত হরিদাস।
জগোই শাই বক্রেশ্বর শ্রীনিবাস ॥
মুকুন্দ স্বরূপ রাম রায়।
পুক্লিং খংহনা রাংনা শকই ॥
বসু রামানন্দ নরহরি।
গদাধর পণ্ডিৎশিঙ্গা লোইনবি ॥
দ্বিজ হরিদাস বিষ্ণুদাসজি।

মখোই ইশৈনা পুক্লিং সুমহৎলি ॥
অসুম্মা শক্তুনা শাদুনা জগোই।
চৎলক্লে কয়াম্‌রুম থাপ্পা
মযামগী থুযা উফুলবু।
পামজৈ বৈষ্ণব দাসনা।

# দশঅবতার (সায়ন তরা)

## এক তাল

১। প্রলয সমুদ্র লাইজদা কনবিবিব বেদবু।
ভরবা লীচং নগুস্তনা লৈতেংলবা হে প্রভূ ॥
কেশব শাযোনবিবা লেমলৈ শক্তম লৌবিবা।
জয ওইবি জগৎকী মপু হে ভগবান ॥

২। মালেম্সু সল্লবা লেংপাক থক্তা পুবিবা।
পাকলবা চক্র মওংনা তঙাং তঙাং লৈতেংবা ॥
কেশব শাযোলবিবা থেঙ্গ শক্তম লৌবিবা।
জয ওইবি ইবুংঙো নহাক্লা ॥

৩। নঙ্গী য়াতোন থক্তা মালেম লৈতাজরি।
থাজনা মাইহিং কাবগুম মালেম্না ভাঞ্চবি।।
কেশব শায়োলবিবা ওকলেন শক্তম লৌবিবা।
জয় ওইরি জগৎকী মপু ইবুংঙো নহাক্না।

৪। নঙ্গী নগুং থম্বানগী কল্লবা খুজিন্না।
হিরন্যকশিপু হকচাং খোইমু নৈহৎপিবা।।
কেশব শায়োলবিবা নবসিং শক্তম লৌবিবা।
জয় ওইবি জগৎকী মপু হে ভগবান।।

৫। বলিবু নমথবি পাতান্দা অংকপা লৌনমগী শক্তিনা।
নখোং গজিল লাইজনা তাইবংবু লালবিবা।
কেশব শায়োলবিবা বামন শক্তম লৌবিবা।
জয় ওইবি জগৎকী মপু হে ভগবান।।

৬। ক্ষেত্রি ঈগী শক্তম ওইববা তাইবংনা লংশিঞ্জবা পাপ্প।
শেংদোকপিরি সমুদ্রদা কোকপিরি তাইবং মৈচাকপু।।
কেশব শায়োলবিবা ভৃগুপতি শক্তম লৌবিবা
জয় ওইবি ইবুংঙো নহাক্না।।

৭। পিনবিবি মাইকৈদা লান্দা মাইকৈ ভাকপা নিংথিবশিংদা।
মকোক তরাবু নিংথিবা বলি ওইনা।।
কেশব শায়োলবিবা শ্রীরাম শক্তম লৌবিবা।
জয় ওইরি জগৎকী মপু হে ভগবান।।

৮। থোনবিরি শ্রীঅঙ্গদা নিংথিবা ফিজোন লাইজ মচু।
লাঙ্গোলবু কিজবনা তিঞ্জরি মচুদা যমুনাস্থ ॥
কেশব শায়োলবিবা হলধর শক্তম লৌবিবা।
জয় ওইরি জগৎকী মপু হে ভগবান॥

৯। বেদ বিধি যজ্ঞবু য়াদবা জিব মুংশি থংদবা।
থৌজাল থম্মোয় পেংলবা জিববু হিংসা উৰদা॥
কেশব শায়োলবিবা বুদ্ধ শক্তম লৌবিবা।
জয় ওইরি হে ইবুংঙো নহাক্না॥

১০। (ম্লেচ্ছ) ফত্তবশিংবু মাংহলবদা কীরবা থাংশাং পাইরিবা।
ধূমকেতুগুম্না কল্কি শক্তম লৌবিবা ॥
কেশব শায়োলবিবা হে তাইবং মপু।
জয় ওইরি জগৎকী মপু হে ভগবান॥
শ্রীজয়দেব কবিনা লেংজব থূপলবা রসনি।
তাবিয়ু মুংঙাই মঙ্গল পিবিবা তাইবংগী মচিনি॥
কেশব শায়োল তরা শক্তম লৌবিবা।
হে তাইবং মপু জয় ওইরি হে ভগবান।

## এক তাল

বেদবুকব্বীবা পৃথিবী পুবিবা লাইজলক্ষ্মী মালেম্বু থাজৎপিবা।
দৈত্যবু লাকপিবা বলিবু নমথবিবা ক্ষেত্রি শাগৈ মাংহলবিবা।

রাবন জয় তৌবিবা লাঙ্গোল্লা যমুনা চিংশিলবা বুদ্ধ শক্তম লৌবিবা
ম্লেচ্ছশিংবু লাকশিনবিবা শায়োন তরা লৌবিবা।
হে কৃষ্ণ নংবু খুরুমজরি।

এক তাল

বেদবু কনবীবা, পৃথিবী পুবিবা,
লাইজলক্তগী মালেম থাঙ্গংপিবা।
দৈত্যবু লাকপিবা, বলিবু নমথবিবা,
ক্ষেত্রি শাগৈ মাংহলবিবা।
বাবন জয় তৌবিবা; লাঙ্গোল্লা যমুনাচিংশিনবা,
বুদ্ধ শক্তম লৌবিবা।
ম্লেচ্ছশিংবু লাকশিনবা, শায়োল তবা লৌবিবা,
হে কৃষ্ণ নংবু খুরুমজবি ॥

খেম তাল

মিশ্র বিলাবল

কুচ্চ থম্বান্দা আশ্রয় ওইবা হে ইবুংঙো,
হে হরি কুণ্ডলবু থোক্লিবা,
নোববা লৈপরেংস্থ থোক্লিবা,
জয় ওইরি ইবুংঙো মহাত্মা।

বাধে কৃষ্ণ গোবিন্দ গোপাল

নুমিৎ মকোইন্নুংদা ঙানবিরিব ওঃ
হে হবি তাইবংবু লালবিবিব ও
মুনিশিংগী পুক্নিং কাওঙ ওইবা,
জয় ওইবি ইবুংঙো নহাক্লা ॥

মহু পুবা কালিবু নৈহৎপিবওঃ
হে হবি ব্রজবাশি পেলহলবিব ওঃ
যত্ন শাগৈ থম্বাল কোৰৌ নুমিৎ ওঃ
জয় ওইবি ইবুংঙো নহাক্লা ॥

মধু মুব নবকবু মাংহলবিব ওঃ
গরুব খোনেৎ ওইব ত্তঃ লাইশিংগী
নিংনফম ওইবা ওঃ জয় ওইবি ইবুংঙো নহারা।
মক্রবা থম্বাল লৈকা হেল্লবা মিম্না ওঃ
মাযাবু কোকহলবিব ওঃ মবোল
অহুমগী তুংনফম ওইব ওঃ জয় ওইবি ইবুংঙো নহাক্লা।

জনক মমোম সীতাগী লৈতেং ওইব ওঃ
হে হবি বাবন লালবিব ও, কল্ল লান্দা॥
মকোক তবা ককলিব ওঃ জয় ওইবি ইবুংঙো নহাক্লা।

ফুইনা নোংহৌ কুচু তনৌ খম থেংব ওঃ
মন্দাবনচিংবু পুৰিব ওঃ রাধা মাইথোং
থাজ নোংইন ওঃ জয় ওইরি ইবুংঙো নহাক্না ॥

নঙ্গী চরন্দা চংজরিবা ননাইবু য়েংবিয়ু।
হে হরিঃ ঐখোইবু খলবিয়ো,
খুরুমজরিবশিংবু মঙ্গল পিনবিয়ু।
জয় ওইরি ইবুংঙো নহাক্না।

শ্রীজযদেব কবিনা ফংঙমদনা লেংজবনি।
পামজবনা ইজবনি নগুলগী লংলবা গীতিনী,
জয় ওইবি ইবুংঙো নহাক্না ॥

রাধে কৃষ্ণ গোবিন্দ গোপাল।
জয় ওইরি শ্রীরাধে কৃষ্ণ গোবিন্দ গোপাল।

## শায়োন তরা খুরুম্বা

নিংউ পুক্রিং নরাযন রঘুবব গোবিন্দম ॥

১। অহানবা লাংঙোল মক্তদা প্রভু, ভাগী শক্তম লৌবিবা।
শঙ্খ চক্র গদা পদ্ম পাইবা শঙ্খসুর লালবিবা ॥

২। অনিশুবা লাংঙোন্দা প্রভু, থেঙ্গু শক্তম লৌবিবা।
লাইহিংচাবা হাৎনঙৈদা মন্দার চীংবু পুবিব ॥

৩। অহুমশুবা লাংভোন্দা প্রভু, শুকলেন শক্তম লৌবিবা।
হিরন্যাক্ষ্য হিংচাবা লালবিতুনা প্রভু পৃথিবী থাঙ্গৎপিবা।।

৪। মরিশুবা লাংভোন্দা প্রভু, নরসিংহ শক্তম লৌবিবা।
য়ুম্বী নুংদগী চোংথোক্তুনা প্রভু, ভক্ত প্রহলাদ কলবিবা।।

৫। মঙাশুবা লাংভোন্দা প্রভু, বামন শক্তম লৌবিবা।
খোংফম অহুমগী দান নিতুনা মনাই বলিবু চরন ফংহলবিবা।।

৬। তরুকশুবা লাংভোন্দা প্রভু, পশুরাম শক্তম লৌবিবা।
গুরুগী য়াশক ভাকলতুনা ক্ষেত্রি শাগৈ মাংহলবিবা।।

৭। তরেৎশুবা লাংভোন্দা প্রভু, শ্রীরাম শক্তম লৌবিবা।
পিতৃগী য়াশকনা বন্দা চত্তুনা রাবন্নাচিংবা লালবিবা।।

৮। নিপালশুবা লাংভোন্দা প্রভু, হলধর শক্তম লৌবিবা।
লাঙ্গোলবু কিজবনা তিঞ্জরি যমুনাস্থ লাইজ মচু ফিজোন্দা।।

৯। মাপল শুবা লাংভোন্দা প্রভু, বুদ্ধ শক্তম লৌবিবা।
মাংখ্রবা ধর্ম্ম শন্দোক্তুনা প্রভু, সাধু বৈষ্ণব কলবিবা।।

১০। তরা শুবা লাংভোন্দা প্রভু, কল্কী শক্তম লৌবিবা।
ফত্তবা লমচং মাংহল্লগা অফব লম্বি শেম্বিবা।
তোল্ল কৃষ্ণদাসনা লাংভোল তরাবু থুরুমজৈ।।

## শ্রীশ্রীজগন্নাথ প্রার্থনা
### পাঁচ তাল বা এক তাল

জয় ওইরি জগন্নাথ থৌজাল মশক ওইবা।
ননাইবু য়েংবিযু থম্বিযু চরন থম্বান্দা ॥
তোল্লবা চণ্ডালনি ঐদি লৈজদে অতৈ গতি।
যশোদা মপারিনী তাজত্নুা চেঙ্গরকইবনি ॥
তাইবং লালবিবা মিংলেন খংনরি পুন্নমক্কা।
তোল্লবগী গতিনী চংজবি শ্রীচরন্দা ॥
নঙ্গী মিংলেন নগুন্নী হায়না ইচিনসিনা শোঙ্গরি।
তাজত্নুা জগন্নাথদাসনা নুংঙাইজরি ॥

### চালি

১। জয় ওইবি নিত্যানন্দনা ঐহাক্কী থরাই ওইবা।
জয়ওইরি জয় ওইবি ঐহাক্কী থরাই ওইবা ॥
পদ্মাবতী মপাবি বসুজান্ধবগী থরাই ওইবা।
মালিনীগী থরাই লন ওইবা ॥
হন্না হন্না প্রেম নিজবি, হন্না হন্না কৃষ্ণ প্রেম নিজবি ॥

২। জয় ওইবি বাধা কৃষ্ণ বাধা গোবিন্দ।
ননাইবু থৌজালবিযু, বিশাখাগী চান্নথোইবী ॥
সখী নিপানগী কোক্কী লৈতেং ওইবী।

জয় রাধা কৃষ্ণ হে গোপীশিংগী কোক্কী লৈতেং ॥
মনি গোবর্দ্ধন ভত্তনা রাস লীলা শান্নফম তুইরিবা।
নঙ্গী নামগা লোইননা চংচবা;
তোল্ল কৃষ্ণদাসনা নিংজবা থৃংহলবিযু।
শ্রীরাধে কৃষ্ণ হে ॥

## মাঠুর গৌরচন্দ্রিকা
### তেউং

নদিয়া থাদোক্কুনা চংখবে গৌরাঙ্গ প্রভুনা।
অরাবা ইপাক্তা লুপখবে ভক্ত পুন্নমক্কা ॥
শচীনা কপলি নিত্যাইস্তু কপলকলে ॥

নিমাই নিমাই কৌবদুনা খোঙ্গেন রাংনা কপলক্লে ॥
শর্য্যাথক্তা চেপলম্বনি কনাগী থৌইলশিন্নো ।
য়ুম থাদোক্কুনা মফম কৈদা চংলবনো ॥
মী শা উচেক নদিয়া পুম্না পুন্নমকক ব্রানখরে ।
কপলক্লে অদ্বৈতাচার্য্য শ্রীবাস গদাধর ॥
বাসুদেবদত্ত কপলি মুরারি বক্রেশ্বর ।
নিংশিংলুবদা বাসুঘোষ থমোই কাঙৈখরে ॥

## ঠুংঙরি

সন্যাসি নিমাইনা হবি হরি শোন্দুনা চংলি ।
হবিনামামৃত তাবদা নুংফাও মহি চেল্লি ।।
রাখল নোংলৈনা যৈবদা পিবাং তত্তনা শিন্থবক্রে ।
যেংবদা মাইকৈ তবা পুমশং শংনা উবকনে ।
অশংবা নাপিবু ঘনশ্যামনি খন্দুনা খোং থাংবা উমলন্ববে ।
অশংবা আকাশ উকবদা মাইথোং থাজ লুকথখবে ।।
মশাগী মনিবু কৃষ্ণনি খন্দুনা নৈমাই থক্তা ওলখবে ।
নৈমাইথক্তা ওন্থোইদুনা হিক্রা হিক্রা বপখবে ।।
ব্রজ ভাপ্তা লুপখরে রাধামক ওইখবে ।

ব্যখা ঃ--

কাঙ্গী মথক্তা লেংখংলবা শ্রীজগবন্ধুবু যেংদুনা, ভক্তশিংগা লোইননা কাঙ্গী থৌরি পাযদুনা কাংচিংবা হৌবক্রে ।।

## আড়া মিশ্র বিলাবল

জয জয জগন্নাথ হাঙ্গীনা ভক্তশিংনা লাওনবক্রে ।
কাংগী থৌরি পায়বদুনা ভক্তশিংনা নিলনবক্রে ॥
সম্প্রদাই তবেত্তা প্রভুনা জগোই শারকলে ।
জগোইগী তাল চানবা খোল করতাল যৈবক্রে ।।

প্রভুগী ভাব খংলবা স্বরুপনা ন্নুংশিনা ইশৈ শকলক্রে।
সঙ্কীর্ত্তনগী ধ্বনিনা মাইগৈ শিলবা থুংলক্রে।।

ব্যাখ্যাঃ—

কাংনা গদক গদক চংলকপদা কাংগীমথক্তা লৈবিবা শ্রীজগবন্ধুবু উকবগা ব্রজ ভাবতা চংখিতুনা ব্রজ ভাবনা থোগন্দুনা শ্রীমতি ইবেম্ম বাধামক ওইখবে। অক্রুগী দোলাইথক্তা লেংলিবা ইবুংঙোবু। সখিশিংঙ্গা লোইননা শ্রীমতি ইবেম্মনা দোলাইগী চাকা পাযক্তনা।

## এক তাল

লেংবিথিনু মাধব লেংবিখিনুবা,
লাইবক থিবী ঐবু থাদোক্তুনা।
মাইথোং থাজ উত্রবদা লৈঙনত্রবী বাধানে।।
দলাইগী চাকানা তকথাইবিরো,
থরাই লৈত্রবদা লেংবিথোনে মাধব।।

## ঠুংগুরী

অসি হাঙ্গনা হাইবমলগা লৈমাইথক্তা রান্থবে।
চেনশিন্দুনা সখিশিংনা ইবেম্মবু কোলখংলে।।
কনাগুম্বী সখিনা লরাইদা ইশিং চাইরকলে।
কনাগুম্বী সখিনা কৃষ্ণ নাম্বু শোল্লকলে।

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণকৃষ্ণ হরে হরে।
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে ॥
কৃষ্ণ নাম মাহা মন্ত্র হৃদি মুংদা ফাওরক্লে।
কৃষ্ণ নাম তাবদা তপ্পা তপ্পা লেংখৎলে ॥

ব্যাখ্যাঃ—

ইবুংঙোনা লেংখ্রবদা সখিশিংদা চিংনা ২ য়েংলগা স্বর মতেক মতেক্লা মিরবা খোঞ্জেল্লা ॥

## এক তাল

শিরনি শিরনি শোইদনা শিরনি ঐদি।
গুননিধি কান্নুবু কনাদা শিল্লরনগনি ॥
নখোই সখি পুন্নমক নাক্লা লৈয়ু লোইমনক।
শিরগা কৃষ্ণ নাম ইবিয়ু ঐগী হকচাংদা ॥
কৃষ্ণ নাম ময়েক অনিদো ইবিয়ু ঐগী হকচাংদা।
শ্যামকুঞ্জগী মৃত্তিকা লৌতুনা ইবিয়ু ঐগী হকচাংদা।

কাউবিনু কাউবিনু; চান্নবীইতা; কৃষ্ণনাম ইবিয়ু;
হাইজবা কাউবিনু; সখি ঐগী অন্তিমদা;
ঐগী শিরমদাইদা ॥
ললীতা চান্নথোইবী মন্ত্র শোল্লু নাকোংদা।

কৃষ্ণ নাম মহামন্ত্র শোলবিযু ঐগী নাকোংদা ।
শিববা হকচাং অদো লৈসন্নু নামগা লোইননা ।
মৈদা হকচাং থাদোক্কনু ইশিংদস্নু থাদবিন্নু ॥
শিবগা তোমান পাম্বিদা থম্বিযু পুন্দুনা ঐবু ।
কৃষ্ণস্নু মুইদো তোমানস্নু মুইদো তোমানবু যাম্নাপামজে ॥

অম্বুবা তোমান পাম্বিদো কৃষ্ণগী কুচু শুইজেদো ।
এগী হকচাং তত্তনা অতুতদা লৈজেদো ॥
কবিগুম্বা ইবুংঙো লাকলবদি শ্রীবৃন্দাবন্দা ।
হিংজগনি ঐসে ইবুংঙো মাবু উজবদা ॥
ঙাইজবি বিদ্যাপতিনা তাবিযু নুপীলক্কী মনি ।
ফঙ্গনি মুপাবি তপথবিযু থম্মোই নুংদা ॥
অমক এনা মাইথোং থম্বাল উবা ফংদ্রবদা ।
হকচাং অসি কংথোক্কনি খাইনা মৈচাক নুংদা ॥

## এক তাল

ইমা রাধবী থরাই অসি পুঙনদাবেনে ।
কপ্না কপ্না পুন্সি হৌখবে কপ্না কপ্না পুন্সি লোইদৌবেনে ।
তাঞনে সখি অরাবসি অতুক কবি হাঙ্গসিগে ।
অরাবনি নুংশি থংদেদা ॥

ভুন্দোক পিবমলবনি হবিনা ঐসে,
মদন মৈমুংদা লংথবিরমলে।
হরিবু নিংতুনা থরাই থদোক্কনি,
হযেং অমুক মপোক্তা মাবু ফংজগনি।

## এক তাল

গোকুলগী থা উখিদ্রেদো,
কবম্বা মাইকৈদা, ঙালখ্রবনো।
গোকুলগী থাজ ও নংনা তাখ্রবদা,
ব্রজ অপুণা থাশি ওইবে ॥
থাদোকলোই হাঙৈনা তাকপিরম্বদাই,
কবিগী থাদোকলি তোল্লবিবু।
লমথাংদা তত্তুনা তাহৌবা,
মালতিগী পরেংগুমলে ॥

## খেমাইড়া

ফজবা মাগী রূপকী পাম্বিদা,
য়েংচনিংই লতা ওইনা।
কাউজবা ঙমগনি নিংদেনে মাবু,
থম্মোই লুংদা ঙান্দুনা লৈরে ॥
বিধিনা তম্বিদে মানস্থ তাবিদে,
নিংজবা আশ্ছা ময়োন কংলে।

লেংদবা ব্রজগী পামেন্দো;
কাল গুইনা লাকুনা কুক্তুনা পুখ্রে অক্রূরনা ।। ·
হাঙ্গৈবিযুনে ললিতা কৃষ্ণ ফংমনবা উপাই ।
দুর্জ্জয় মানবু খল্লহনা, রাধাবু রারৌবিখ্রবোইদো ।।
শ্রীরাস মণ্ডল্লিদা থোংনা নৌনা শাবা জগোই ।
অমুক হন্না উবা ফংলবোইদকো ।।
হাঙ্গৈবিয়নে ললীতা কৃষ্ণ ফংননবা উপায় ।।

### শ্লোক

অযিদীনদয়াদ্রনাথঃ হে মঠূরা নাথ;
কদাবলোক্যসে হৃদয়ংতদালোক কাতবং
দয়িত ভ্রাম্যতি কিংকরোম্যহং ।।

### ছোট দশকুশ

ফুঙ্গন নোংহৌঙমজবা; শংবান্নবা হে শ্যাম;
তোল্লবীনা কাউজবা ঙমজদেনে ।
অমুক্তামাংদা লেপ্পীযুনে; নৌববা শাথেক অহুন্না,
চিনবানথোংদা মুরুলী থোংবা,
ওইদা চুবা চেপলপ থোনবা চরন থক্তা চরন থমলতুনা,
কদম পামেন মথোংদা ।

মরি মরি চুথরি নোংনা, লিরিক্তমলি মালংবনা,
স্থরধ্বনি গঙ্গা ইথক হৌরি।
মচু মচুগী লৈতনা, নিংথিবা দোল শেমলুহ্না,
লৈতনা লৈতেং ওইনা য়েংলি॥
লৈতনা থামলহ্না শেমলি, বটপামেন্দা দোল য়াল্লি,
কাব্রং থৌরিনা চেংনাপুল্লি।
বটপামেন্দা দোল য়াল্লি, কাব্রং থৌরিরা চেংনা পুল্লি,
মালতিনা লৈতেং ওইনা য়েংলি।
কয়াদা নিংথিজরিবা, য়েংবদা পুক্লিং হুরি,
অঙকপা ফংনা শেমলি॥

## এক তাল

চান্নরবা গদাধরনা, থৌগল্লি গৌরগী ওইদা,
নুংঙাইরবা ঝুলন দোল থক্লা।
অনিমক্লা নুংঙাই ঝুলন, শান্নরিয়ে গৌর গদাধরনা।
ভক্তশিংনা কোইরহ্না॥
স্থরধ্বনি তোবর্বান্দা, পুর্নিমা তিথিদা,
নুংঙাইবা ওমখৈ লৈতরে।

ব্রজ বসদা লুপখবে ॥
থোগল্লি । ভক্তশিংনা চিংলক্লে তপ্পা তপ্পা;
থৌবিপাঈত্নুনা মাইকৈ অনিমক্তা ।
চিনা চিংনা যেংজৈ, অনিমক্কী মাইথোং থাজ,
গৌর গদাধর,নুংঙাইবরা ইপাক্তা তাওত্নুনা ॥
উদ্ধব দাসনা হাঈজৈ, উজগরা কাদৌদ্রেদা,
গৌরাঙ্গগী মনাই ওইজত্নুনা ।
উজগরা কাদৌডৈ, গৌরাঙ্গগী নিংথিরা লীলা,
মনাইগী মনাই ওইজত্নুনা ।
উদ্ধব দাস হৈনা ॥

## চৌতালে তুল মানসী

ঝুলন্দা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রেমগা লোইন্না শান্নবি ।
নজগী বাখন্দা পুক্লিং লুপলত্নুনা হিন্দোল দলথন্দা ঙান্থোইবি ।
পুর্ন্নাগী খাজওন্না ভকনা থাজান মিচাক ওত্নুনা ।
প্রেম নামগী থাবন্না জগৎ অপুর্ব্বা ঙান্থোইবি ॥
স্বরূপ গোবিন্দ শকলকে ইশৈ যৈরক্লে যন্ত্র মিররা স্বরদা ।
চঙ্গ পঙ্গ বনা মুরুজ মৃদঙ্গ সুধঙ্গ বাশুবি ॥
উচেক কাগী নুংশিবা থোঙ্কেন্দা থোইমুনা চৎরদা পুক্লিং সুমহৎলি ।
জগমুহন্না দাসনা খুবাং তবানা লোন্নজবি ॥

## বৃন্দাবন বর্ণ্নন

### নেতাল

বৃন্দাবন থর্ম্বান ফুগাইনা শাংলে।
বাধা কৃষ্ণ অনিবু তোইনা কৌরকলে ॥

তোইনা তোইনা কৌবকলে; উনিংবনা, বাধা কৃষ্ণ অনিবু,
মমা খেঙ্গোংনা মাংদা থাহ্না ॥

খোইমু মপৈ মপৈ খোঙ্গেন্না থনখবে।
কোকিলগী কুহু ধ্বনিনা শিনথুংখবে ॥

ভুং ভুং ভুং ভংলক্লে, খোইমু মপৈ নিন্নবক্লে,
কৌজরি অনিবু খৌবাংনা, কুহু কুহু খোংলক্লে,
কোকিলশিংনা, মবুংঙো মরেম্মা উদবদা,
উনিংবনা লাংতক্লবে ॥

ফজবনা লোইবে পুক্নিং শুমহৎলে।
গোলুক বৃন্দাবন্দগী হেন্না নিংথিবে ॥
চেলখিনী খন্দুনা প্রেম যমুনানা।
পাম্বোম তিংথোক্তুনা কোলশিলখরে ॥

### ডাস পেড়া

প্রেমগী মশক ওইবী বাধা, কৃষ্ণ প্রেন্না চাওরবী।
কৃষ্ণ প্রেমতননা ইহৌরকলে বাধাদো ॥

থম্মোই নুংদগী হৌরকপনা মিস্না থম্বান্দা শিন্থরক্রে।
ভাগীরথী গঙ্গানা ইরম ফাংনা চেন্থরকপগুম॥
নিংজরুবা থম্মোইনুংগী মৈচাক অদো পুঙমদরে ইবেংদো।
হাঙ্গৈবকই সখিশিংনা নুংঙোল্লবা রাহৈনা।
কৃষ্ণবন্দা ইবুংঙোদো উজরুনি ঐখোইনা॥

## অভিসার

ভানুগী মমোমনি, গোপীলক্ষী মনি,
সনাগী কুচু হেল্লিবী।
শামুগী শাজৎনি, শজিগী মিয়েংনি,
য়েংজনিংবী মাইথোং থাজনি॥
চরন থম্বালদা, মনি নোপুরনা নিল্লি,
খ্বাংদা কিঙ্কিনীসু নিল্লি।
কন্ঠদা লুপলবী, তনিক তনিকলবী,
কাংও খোংথাং ঙমজবী॥
শাজৎ ইপোমদা, বেনী ইথক হৌরি,
অশংবা শাড়িনা লৈতেংবী।
থরান মিচাকলক্তা, থাজনা ঙালবগুম,
সখীলক্তা ঙালজরিবী॥
চেংতকপা খ্বাংনি, ফল্লপা থানি,

মিস্রা থম্বাল ঙমজবী

কৃষ্ণ কৃষ্ণশোন্না, সখিশিং লোইননা,
মাধবী কুঞ্জ য়োবক্রে ॥
ঝুলন কুঞ্জ য়োরক্রে
তবাম তবান্না, লেংশিলবিসি হাঙ্গৈনা;
হবাওনা কৃষ্ণনা ওকলব্রে ।
ফইনা হৌবা নোংদা; নোংথাংকুপ্পান্না;
শ্রীরাধা কৃষ্ণনা শান্নোইবা ॥
অনিগী মুংঙাইবা; বসগী নিংথিবা;
শশি শেখরনা শকচবি ॥

ব্যাখ্যাঃ—

মরুংগোমবেগী পুক্নিংথংলবা বৃন্দা সখিনা;
লৈতনা য়েংলদুনা নিংথিবা দোল শেনশ ভূবে ।
ঘোংলব ফজবা লৈগী পোলথদা লেংখংলে ইবুংঙো;
ইনেওাবু তবান্না কৌশিল্লে ইবুংগোগী ওইদা চান্নে ॥

ঝুলন এক তাল

শ্রীরাধা গোবিন্দ; সখিশিঙ্গা লোঈননা;
শান্নবি মুংঙাইনা ঝুলোনলীলা ।
মুংঙাইবা চমথৈ লৈতবে ।

সখিশিংনা দোল হাঙৈরি; মাইথোং অনিচিংনায়েংই;
মুংঙাইজবা ঙমথৈ নৈতরে ।

ললীতা বিশাখা হবাও মথোইকারি ।
মিংকা মিংকা ইঙ্গিৎ তৌনরি;
দোলগী থৌবি কন্না কন্না চিংনরি ॥
কিগলবদি মুপীগী হৌনশানি ॥

ফাক তাল ।

দোলনা হাঙৈনকপদা মিপাইববী বাধা ।
দোলথক্তগী তাবগনি খল্লুবদা ॥
হকচাং থক থক তনিক তনিকলক্লে ।

এক তাল

মবুংঙোগী ছক্তা; চেৎনা কোঞ্জত্নুনা;
হিক্লা হিক্লা হঙ্গংচৈ ।
তাবিযু ইবুংঙো; ব্রজগী নৌববা থাজ;
ননাইবু থাদোকপিগনু ।
তাবদা ইবুংঙো; পাম্বোম তিংথোক্তুনা,
কিদনবা থৌরাংবিরে ।
থোইনা হেন্না ফজরেনে, তমান্দা সনাগী উরিনা য়েৎপগুম্না,
ফুইনা হোবা নোংলক্তা নোংথাংকুপগুম্না ॥

## তেউৎ

সখি হে অনিগী নিংথিবা শক্তম,
যেংবগী পেনবা নাইদেনে।
পোকপদগী অঙ্গক ফজবা শক্তম,
অমুক্তসু উখিদবিনে ॥ ২ ॥
অর্নোবা তমান পাম্বিদা সনাগী উবিনা যেংপগুমলে
উকুবদা মাংখে জ্ঞান, উদবগা থরাইসে লৈঙমদাবনে।

## দুই তাল

যেংউ ইতা চান্নবী অনিগী ফজবসে।
চাংদমমিংঙাই লৈত্রেনে মবোল অহমসিদা ॥

## দুই তাল মচা

ঝুলন দন থক্তগী লেংথবে অনিংক,
চান্থাইবে লৈগী তাংবল থক্তা
হৈশিংবী সখিশিংনা মাগী মাগী সেবা,
তাকনবা লৈত্তনা থৌগঞ্জবে ॥

## তিন তাল

জয় রাধে জয় কৃষ্ণ পিনবিয়ু চরন থম্বাল।
পুন্সি লন ওইজগে তঙাংলবা চরন থম্বাল ।
শ্রীনন্দগী মপারি ব্রজবাশিঙ্গী থরাই ওইবা।
শ্রীরাধিকাগী চান্নথোইবা ॥
ব্রজ গোপিশিঙ্গী লুচিংলিবী কৃষ্ণগী পুক্নিং স্নমহংলিবী ।
স্বর্গগী লাইরেম্বীশিংনা নঙ্গী নগুন শকনবিবা ।।
সতী গৌরি সাবিত্র স্বর্গগী...... .
চালবী হৈবী রাধে শ্রীরাধে......।

## শ্রীগৌর অনুরাগ ।

### সম তাঞ্জাও (ধ্রুপৎ)

### সম তাল মাত্র ২৮

### রাগ মিশ্রসরপ্রদা

| ৪ | ১ | ২ | ৩ |
|---|---|---|---|
| 0000000 | 00000 00 | 0000000 | 000 |

থম্মোইনুংদা ঙালে গৌরনা;
থাদোকপা ঙমদরে ।

আ হা আ হা আ হা আ ...... ।

লোফা

মীত্তা কাজ্বল ওইরহুনা;

চুহুনালৈখরে ।

ইরোন্নুংদা লোৎতুনা থাংজৈদো;

অহুদস্থ গৌববুউবেদো ।

য়েংউ য়েংউ খুদিংমক্তা;

গৌর ঙাক্তা উরেদো ।

ঈশিংদস্থ গৌর কংফান্দস্থ গৌব,

আকাশ পাতাল মাইকৈ খুদিং,

গৌবঙাক্তা উবেদো ।।

মবোল অহুমমকসে ইতা, ।

পুক্লিং হিসে লুপখবে,

নিংথিজবা গৌবাঙ্গগী প্রেম ইপাক্তা ।

তাওঙমদনা লৈখবে ।

সনাগী কুচু গৌবগী শক্তম,

থম্োইহুংদা ফাওবক্লে ।

বাসুদেব ঘোষনা হাঈজৈ,

গৌর অনুরাগদা ।।

# শ্রীশ্রীরূপানুরাগ

## ডাস পেড়ে মিশ্রসরপ্রদা

কনানা পুবকপনো ব্রজদা,
ল.না মুববা ব্রজ থাজ।
মক্রুবা ঐগী শাগৈদা,
ওইহলবিবে অমকপা ॥

নো.মদোন্দা ঙাল্লি থাজ অমা,
খ.ই ঐখোই পুম্নমক্কা।
বৃন্দাবন্দা থাজ পামেন,
পুবকপনো কানানা ॥

কনানা থারম্বা ব্রজদা থাজ পামেন,
প্রেমবস (লাইজ) ঈশিং খিক্কুনা।
নোংমদোন্দা থাজ অমা থোকই,
বৃন্দাবন্দা থাজ তবানি ॥

ভাখিদবি উখিদবি কদৌন্নুদা,
থাজনা চংলি লৈমাই থক্তা।

## আড়া

চৎলিদো চৎলিদো বৃন্দাবনগী থাজ পামেন।
বৃন্দাবনগী বনবন খুদিং যমুনাগী ঘাট ঘাট খুদিং ॥
যমুনাগী তোর্ব্বান (২) যমুনাগী হিদেন হিদেন ॥
অতিয়াদ ঙাল্লি থাজ অমা
বৃন্দাবন্দা থাজ তরানা ঙাল্লি।
তাইবংতবু ঙাঞ্জবতনি,
ক্ষীরদ মপারী থাজদি ॥
মল্লুং মপাল অনি ঙাল্লিদো ইতা,
বৃন্দাবনগী অমুবা থাজদি ইতা।
ব্রজ বাশিশিংগী চান্নথোইবা,
ব্রজ গোপীশিংগী থরাই ওইবা ॥
শেখবনা হাঙ্গৈজে থাজ নত্তে,
গোপী পুক্লীং শুমহৎলাংনি।
থাজ নত্তে থাজ নত্তে
গোপী পুক্লিং ফানা লাংনি ॥

## আড়া

ফুইনা নোংহো ওমজবা,
কবি হুংগী উকুরবা।
মাথক অহুন থেকলিবা,

চুবা ওইরোম চেঙ্গপ থোনবা ॥
ঙক্কা গুঞ্জামালা থোনবা,
অনৌবা নোংদা নোংথাং কুপকুম্বা।

## বাঁশি অনুরাগ

### কাটা মিশ্র সরপ্রদা

ঐগী থগোই অসে খাংঙমদবে,
মুরুলী নংগী স্বর তাবদা।
বাঁশিবে ... ... ...

নংগী স্বরনা কল্লবা মুংফাওনা,
মহি চেলহল্লি মুংস্থ ঈশিং ওলহল্লি ॥
বাঁশিবে ...

কংলবা উস্থ ময়োল চোংহল্লি,
বাঁশিরে ... ... ... ...

উমংগী উচেক য়ায়া খিবিক্লা
নংগী স্বর তান্না পাইরকলিবনী।
বাঁশিরে ... ... ... .

নংগী স্বরনা যমুনাস্থ ইচেল হঙ্গৎহল্লি।
ঙা থেঙ্গু মকোক থাঙ্গত্তুনা ( তাওখত্তুনা )
বাঁশি নঙ্গী স্বর তাৱিবনি।

শ্যামগী বাঁশি খোংলক্রে রাধা ২ রাধে হাঙ্গৈনা।
রাধা নামদা দিক্ষা ফংলবা বাঁশি।

সখিশিংগা মবুংঙাগী প্রেমগী ৱারি শান্নরিষ্টৈদা।
মতমত্তুদা রাধা হাঙ্গৈনা খোংলক্রে শ্যামগী বাঁশি।

শ্যামগী বাঁশি খোঞ্জেল তারে,
পুক্লিং তপ্পা লৈঙমদরে ॥
অঙাউবিগুম তফিং তফিং হৌগংলে।
চংকনি কনা কনা ইবুংঙো দর্শন্দা ॥

ললীতানা হাঙ্গৈজরকই নিংবা থুংনা লৈতেংখিনী।
অদুনা তৌনা করম লেংগনী ॥
কৃষ্ণনা উরগা করি হাঙ্গৈগনি,
অপরাধ শুইগনি অঙাউবিগুম লেংলবদি।

ফিজেং লৈতেং করি কান্নগনি;
ফিজেং লৈতেংনা।

শ্যামগীদমক্তা পুক্লিংনা নিংজবা খংই;
ঐগী থরাইতনা ॥

এক তল

মীংকী লৈতেং কৃষ্ণ দর্শন্নী;
নাকোঙ্গী লৈতেং নামগুনতাজবনী ॥

মীত্ত কাজ্বন থাবিগন্নু;
কৃষ্ণদর্শন থিনখিগনি খংউ ।
কৃষ্ণদর্শন্দা বাদিনী খংউ ॥
খংকা লৈতেং শ্রীচরন সেবানি,
চিনগী লৈতেংনা নাম শোঞ্জবনী ॥

থমোইগী লৈতেং প্রেমগী মমি শ্যামনি,
কুটি কাম্বু সুমহৎপনি ।

থখগী লৈতেং শ্যাম আলিঙ্গনি,
ফিজেৎনা কবি কান্নগনি ॥
ঢকী লৈতেংনা ব্রাথোক পরেংনি,
নাতোনগী লৈতেংনা অঙ্গ গন্ধনি ।
হকচাং খুদিং প্রেমগী লৈতেংনি,
হাঈজে গোবিন্দ দাসনা ॥

## এক তাল

শামুনা ইকাঈবা ফজ খোংথাংনি ।
ক্ষিরদ মপারি ঙমজ খুজির্ন্না ॥

ঙাল্লি নোংথাঙ্গুম সনাফিগেনা ।
মাইথোংলৈহি চুপল্লি খোইমুনা ॥

উক্লবদা নিংথিবা মাইথোং ।
থাদোক্লে পতি সতী কয়া কয়া ॥

ঙইবে ব্রাথোক কাঈরে যম্ ।
ঙাউবে যুবতী কয়া কয়া ॥

মাংহল্লে বমনী ধর্ম্ম নুংশিমাগী মিনোক্লা ।
চুপচৈ শ্যামরূপ রস তোল্লে গোবিন্দাসনা ।

## ভজন পারেং ।

নিংউ পুক্লিং শ্রীরাধা গোবিন্দঃ ।
নিংউ নিত্যাই গৌব বাধে শ্যাম হবে কৃষ্ণ হবে রাম ।
নিংউ নিত্যাই গৌব রাধে শ্যামঃ
শোল্লু হরে কৃষ্ণ হরে রাম ॥

## টারক ব্রহ্মনাম্ন ঃ ।

ওঁ নারায়ন পর ব্যদ্যা নারায়ন পরাক্ষ্যরাঃ ।
নারায়ন পরা মুক্তি নারায়ন পরাগতিঃ ।।

ওঁ রাম নারায়ানন্ত মুকুন্দ মাধবঃ ।
কেশবঃ কংষারে হরি বৈকুণ্ঠ বামনঃ ।।

হরে মুরারে মধুকৈটব হরে ।
গোপাল গোবিন্দ মুকুন্দ শৌরে ।।

যজ্ঞেস্ব নারায়ন কৃষ্ণ বিষ্ণু ঃ ।
নিবসায়ামাং জগদীশ্বরক্ষ্যং ।।

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে ।
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে ।।

## ছোট চরি তাল

ব্রহ্মসংহিতায়াং—

**ইশ্বর পরমঃ কৃষ্ণ সচ্চিদানন্দো বিগ্রহ ঃ**
**অনাদিরাদি ঃ গোবিন্দ ঃ সর্ব্বকারন কারনম ।।**

## ছোট চারি তালে

ইমালোনঃ—

ঈশ্বর পুন্নমক্তগী অথোইবা শ্রীকৃষ্ণনি ।
অবেপ্পা অখংবা মুংঙাইবা মশক্তি ।
জিব পুম্বগী থোক্লফমনি, জিব পুম্বগী চংজফম্নি ।
পুমনমকসে মাহাক্তনা ওইবিবনি ।।

শ্রীশ্রীহরিভক্তি বিলাস ঃ—

নৃত্যতাং শ্রীপতেরগ্রে তালিকাবাদনৈভৃশং ।
উড্ডীয়ন্তে শরীরস্থা ঃ সর্ব্বে পাতক পক্ষিণঃ ।।

ইমালোন্দা ঃ—

কনাগুম্বা মী মহাক্না শ্রীহরিগী মাংদা শ্রীহরি মন্দিরগী মংদা খুবাক খত্নুনা জগোই শাত্নুনা ইশৈ শকলবদি নামশাল্লবদি মহাক্ক মশাদা লৈবম্বা পাপশিংদো উচেক্কা ...ম্না ঙাওত্নুনা পাইখি ।

নৃসিংহপুরানে ঃ—

দংষ্ট্রীদংষ্ট্রাহতো ম্লেচ্ছো হারামেতি পুন ঃ পুন ঃ
উক্ত্বাপি মুক্তি মাপ্নোতি কিংপুন ঃ শ্রদ্ধয়াগৃনন ।।

ইমালোন্দা ঃ—

ওক্কী ময়ানা হাইহত্তুনা রাববা যবন ম্লেচ্ছ ফত্তবা অতুনা অরাবা খাংবগীদমক 'হা রাম' হা বাম হাঙ্গৈবা শোন্নদবা। নাম অসি শোল্লবদা নামগী মগুন্না অবানবা খুবম ফংখি। অতুনদি য়াম্না-থাজিনা ভক্তি তৌতুনা নুংশিনা প্রেমকত্তুনা শ্রীহবি নামামৃতবু শোল্ল শকলবদি মশাগী পাপ পুন্নমক কোক্তুনা শ্রীশ্রীবাধাকৃষ্ণগীপ্রেম সেবাফঙ্গনি। হৌজিক কলিযুগসিদদি শ্রীশ্রীহরিসঙ্কীর্ত্তনা অথোইবনি।

হবের্নাম হবের্নাম হবের্নামৈব কেবলম।
কলৌ নাস্তেব নাস্তেব নাস্তেব গতিবন্যথা ॥

কলিযুগ অসিদদি শ্রীহবি সঙ্কীর্ত্তন শ্রীহরিনাম শোলবতনা অথোইবনি নামতাবতনা অহেলবনি। কলিযুগ অসিদদি নাম নওন্না অতৈনা ওইদে।

পদ্মপুবানেঃ—

নাহংতিষ্ঠামি বৈকুণ্ঠে যোগিনাংহৃদযেনচ।
মদ্ভক্তা যত্র গায়ন্তি তত্র তিষ্ঠামি নারদ ॥

ইমালোন্দাঃ--

নোংমা নারদনা শ্রীভগবান্দা হঙ্গংলি প্রভুনা লেংদনা হেক লৈবা মফমসি কদাইদনো তাকপিয়ু।

প্রভুনা হাঙ্গখি'-- ঐদি বৈকুণ্ঠদস্থু লেংদনা লৈতে, যোগিশিঙ্গী হৃদিদস্থু লেংদনা লৈতে; ঐনা লেংদনা লৈবা মফমদি ঐবু মুংশিবা ভক্তবৈষ্ণবনচিংবনা এগী নাম্বু তত্তনা থাজনা শোল্লবা মফমঅদো খোলকরতাল পাঙ্গদুনা সঙ্কীর্ত্তন তৌববা মফমদো লেংদনা ঐহাক শোঙ্গদনালৈ তাকপিখি ।

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে ।
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে ।।

ছে প,ক্লিং--- খোইড়া তাল

শোল্লু তত্তনা হরিগী মিংলেন,
লালগনি তাইবং ইরেল ।
কনানো যাইফবা, কনানো অতোনবা,
মালেমদা তিলখিনী ঙম্না ।।
খহোদনা মাংখিনী ঙম্না ।।
শিববা মতমদাঃ -
অচৌবা থাইবরোই অতোনবা নাইবরোই,
পুন্নমক ঙম্না তিলখিনী ।
লাকডমদ্রবা যের মৈবি ঐগী পুন্সি চুপ্পা চাকলি,
অশেংবা প্রেমগী লাইজতনা, মুংকনি লাইনা মৈবি ।
ফংনবা শোল্লু হরিগী মিংলেন,
প্রেম ফংলবদি মৈচাক লৈবোই ।

য়েকনবা তরুকণ্ড চংবা ঙমলোই,

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হবে ।

হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে ববে ।।

হরিশোল্ল হরি শোল্ল হরি হরি শোল্লনে ।

## সংকীর্ত্তন

হরেঃ সকীর্ত্তনং পুন্যং মাহাপাতক নাশনং ।

সর্ব্বকামপ্রদং লোকে হ্যপবর্গফলপ্রদম ।

শ্রীহবি নামসঙ্কীর্ত্তন অসি মাহাপুন্যগী মশক্তি,

শোণ্ডবা তাজবা ফংজবরদি মুক্তি ফংই পাপ পুম্নমক কোকই ।

## নামপুর্ম্ন

হরি হরয় নমঃ কৃষ্ণ যাদবায় নমঃ ।

যাদবায় মাধবায় কেশবায় নমঃ ।।

গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসুদন ।।

গিরিধারি গোপিনাথ মদন মুহন ।।

শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ অদ্বৈত শীতা ।

হবি গুরু বৈষ্ণব ভাগবত গীতা ।।

জয় রুপ সনাতন ভট্ট রঘু নাথ ।

শ্রীজিব গোপালভট্টদাস রঘুনাথ ।।

এইছই গোষাঞি করি চরন বন্দন ।

যাহা হইতে বিঘ্ন নাশ অভিস্ত পুরন ॥
এইছয় গোযাঞি যবে ব্রজে কৈল বাস ।
বাধা কৃষ্ণ নিত্যলীলা করিল প্রকাশ ।
এইছয গোষঞি যাব তাব মুঞি দাস ॥
তাসবাবপদ রেনু মোব পঞ্চ গ্রাস ॥
একবাব আনন্দে বল হবি ভজ বৃন্দাবন ।
শ্রীগুরু বৈষ্ণব পদে মজাইয়া মন ॥
শ্রীগুরু বৈষ্ণবপাদ পদ্ম মনে কবিআশ্ছা ।
হবিনাম সঙ্কীর্ত্তন কহে নবোত্তমদাস ॥
হরিবল হরিবল হরিবল ।।

তোল্লবা,

শ্রীযুম্নাম ধনঞ্জয সিংহ

লোইববা ।



## শ্রীহরি সংকীর্ত্তন শৈরেং পারেং
## অনীশুবা শরুক
### কোংগদবা

(মনুংদা য়াওগদবা)

১ । রাগ

২ । নামসঙ্কীর্ত্তন হৌবা লোইবা

৩ । আবত্তি পরেং

৪ । ভোজন পরেং

৫ । নিতি লীলা পরেং

৬ । সুবন বেস

৭ । মুরুলী হরন

৮ । কহলন্তরিতা

৯ । গৌর প্রেমতত্ত্ব

১০। কৃষ্ণ প্রেমতত্ত্ব

১১। রামানন্দ সঙ্গ

১২। মান সিংখলা

১৩। লালসা পরেং